উপন্যাস

# মঙৌ লতা





অইবা:
সরত সনাম

# ꯂꯇꯥ (Lata)

Writen by
**Sarat Salam**
Wangjing Hodamba Mamang.






অহানবা ফোঙবা : মে, ২০০৬
কোপী মশিং : লিশিং অমা
অফোঙবী : ভাবীনি (সাহিত্য লুপ অসিগী)
মখুম নমুনা : অইবনা

মমল : ৯৫/-

লাইরিক নম্ফম ঃ- বি:বি ওফসেট. ৱাংজিং বজার. থৌবাল দিস্ট্রিক মণিপুর।

# ৱাহৈ খরদং

লতা উপন্যাস হায়না মীং থোঞ্জবা উপন্যাস অসিদা নুংশি নূংঙোলদা যূম্ফম ওইবা মচী খরাদা থোকপা ৱারী কয়া অমাবু খূনগৎচদুনা পরেং লেঙনবা হোৎনজবদা লৈ মখল খরা ইখূৎনা হেক্লাগা পূক্নিংগী অরেপ্পা অশাং-অতেল য়েংলগা শেমজবা অপাম পামদা খনদোক-খঞ্জিন খরা য়েঙলগা শেমজবা লৈ পরেং অমাগুম শাগৎচবা ঐগী উপন্যাস অসি য়েঙবদা চুনবা চূন্দবা লৈগী মচুশিং খরা উরগসু অরৈবা লৈ খরনা পরেং ফানবা লেঙজরিবা লৈ পরেংনি খন্দুনা অয়েঙবা, অউবা খূদিঙমক্না নুংশিনা য়েংবীরগদা নুংশিববু মায়থিবা পীবা ঙম্বা ঙমদবা নুংশিনবা খূদিঙমক থূঙনদে নুংশিবগী অরোয়বা পনখৈদি কায়নবগী মীৎকুপতূনি । কায়নবা নুমিৎতা অদুক ৱাবা মৈচাকসি মূক ৱাবা অতৈ অমা লৈরিবরানে ? নুংশিবনা কায়নরগা অপাম্বনা থূঙনবা হায়বসে ঙসিগী সমাজ অসিদদি খরা হেনলি। অদুবু মরোল থোক্তবা অমনা থম্মোয় শেংনা পূক্নিং হকচাং য়াওনা নুংশিজবা অমাবু ফোঙদোকপা ঙমদবা অসিবু মীপাঙদবা হায়গদ্রা ? নুপী ওইনা পোক্লগা মমা ওইদবা হায়বসে পূন্সিবু পাপ লংশিঞ্জবনি হায়রোইদ্রা? পাপ হায়বসে ইশানা সেমজবরা নত্তগা মীনা পীবীবরা? অহৌবদা ৱারগা অরোয়বদা য়াইফরকপা হায়বসে পূন্সি খোঙচৎনি। মীৎতগী হৌরকপা নুংশিবা ওইরবসু মীৎতংবা অমগী নুংশিবা থম্মোয়দা ফাওদব্রা ? লাইবক্না তম্বা অমগা থুঙনবা, ৱাহৈ অসিমক লৈরমদ্রগদি পুন্সিগী অৱা নূংঙাইসু লৈরমলোই। অদুবু মাঙোন্দা ঐগী অপাম্বা অমা লৈরাগদি মহাক অদুবু থাগৎলু ঐগী অপাম্বা ফঙগনি, মীদি থগৎলগতা নুংশিনবনি নুংবু নুংশিরবা অথিবা লৈতে, শাওবু শাওরবা ফজবসু থিজিনলি।

অসুম্না অইবা কয়া অমা য়েঙবীদবদগী ফজফম খঙদনা লৈবা অইবা কয়া অমগী লাইরিক মশক খঙদনা লৈরি।

অইবা :-

সরত সলাম

# অহানবা শরুক

অয়ুক অঙনবা মতমনি নোং খরা তাখিবগী সুমাঙ অমসুং লৈরক সোরোক লৈখোম খরা-খরা থোকই, নোংঙাল্লমদায়দা নোং হাংখিবগী অতিয়াসু তরু-তরু তসেং-তসেংনা উরি। সংবানবা অতিয়া অদুদি ঙৌরৈনবা অপাইবা নোং মপৈ মচা খরা লাপ্ল-লাপ্লা লৈরি। খোঙবুলক্তগী চিথহৌরবা নাইতোম তারবা অমগুম। মতম অসিবু কলেনগী মতম ওইরাসু অয়ুক অঙনবা হকচাংগী তু খর-খরা উরকপা মতম অসিদা হকচাংদা ঈংলি-ঈংলি ফাওই । তপ্লা শিৎপা মালংবগী মরক্তা লোয়নরকপা হৈনম লৈনম কয়াগী নুংশিবা মপাউগা লোয়নরকই। অঙাল্লবনা থুংলরবদা অমম্বা মহাকতি লৈবা য়াদ্রদুনা খঙহৌদনা মাংখ্রে। নোংপোক চীংগী মতোন্দগী অরংবা সনাগী মঙালগা লোয়ননা থোরক্লে কোরৌ নুমিৎ মহাকসু। অদুবু চীং লৈতবা লৈবাক খরদদি পাক্লবা সামুদ্রগী ঈয়াইদগী ফাওগৎলকই নিংথিরবা ফজরবা হেক উবমক্তদা ইতমপাক্তা পমনীংবা থব্রাই অমগুম নুমিৎ কৌবা মহাক্লা। মতম অসিদা মতু মমান খিংদোকরকই। তূমরুরবা উচেক চা কয়া মিৎকপ থোকপা খুদিংগী তুস্ফম হোংবা য়োং ইকাইথিবীসু চিংনবা কোকদুনা মচাসিং খোম্লাং পীথক্লী । তাম্না-তাম্না উরিবা লোইজি-লোইয়া চীংয়া তময়া কয়াসু ইনক নকশিনলকপগুম উরিবা মতমনি। ঙসাই মখৈ ইরং লংনা থোকলম্বা থব্রানমিচাকমখৈ লোইনা মহৈ-মহৈ মাঙনখ্রে। নুমিৎদাংদা অয়িংবা মঙান পুদুনা চৎলম্বা থাজা মাগী মঙালসু থৈদোকখ্রে। মচেৎ তারাবা থা, চেলহৌবা ঙমহৌদ্রবা হুরানবা অমগুম ব্রাখল নুংদুম য়াব্দুনা লৈবগুম উরি। নীংবা কায়না মাইথীহৌরবা লাম্মী অমগুম্না । তূমলুবগী ইতন তন্না উরিবা উপান ব্রাপান খিবিকসু

*লতা*

মাগী-মাগী মশা মরেং কয়া তিংলি য়াংল্লিংলকই। তনৌ তনৌরবা অশংবা ঊনা ৱানাশিং থেক্লা নৌনা হায়না হুম্না খিতুগী জগোই শারকই। হৌরিবা ৱা পূম্বা মরু লৈদা লূকথদুনা শেম্বীরিবা তাইবং মপুদা মকোক লোনলি । অহিংদা শাৎচবী নোংঙাল্লমদায়দা কেনজবী লৈরাং সিঙ্গারৈসু পাম্বীদা লৈ অমদা শাৎহৌদ্রে, অহিংগী খোইমূ মবূক পেনহনলমলগা, কোরৌ মঙাল ফংদ্রিঙৈ চিংনদনা কেনলি উফুল্লক্তা চোইজাইননা। থাবলগী মঙাল লৈরিঙৈদা য়েংলম্বা থাবললৈ লৈনমসু লোৎখরে । থাবলগী মঙালদা ঙাওজবী নোংঙিন কৌবী চেক্লাসু সূক্লাবা চীংনুং তম্না পাইখ্রে। অহিংদা নাওসুম ঈশৈ শকলম্বা কৌজেং হারৌগী কয়াগী ঈশৈসু লেপখ্রে। অহিংদা চাকতজবা হৈনজবা উচেক চা কয়াসু মাগী মাগীময়ুম মাইকৈ তম্না পাইনখ্রে। অয়ূক নুংথিল নাইদনা তূম্বা চাবা খঙদনা কালেনগী মৈশা কল্ল-কল্লা অহিং তাংলৌ থেঙলক্লগা কায়না মৈশা হেনলকপী কনাগুম্বী অমগী থৱাইনা ওনবগুম চেক্লা কৌবী পি থাদোয়দি অহিং তাংলৌ থেংলা থেংলা কাইনা মৈচাক্লা হেনলক্তুনা তোয়ন-তোয়না খোংলি, কোরৌ মৈশা হেল্ল-হেল্লগা তেংথা নাওইনা কৌবগুম খোংলকই কয়নখ্রবী অমগীদমক থম্মোয় শোক্লা । পি থাদোয় পি থাদোয় পি ---- পি -- পিপিপি। মথৌদা পূক্লিং লূপচবা মিৎকুপ অমফাওবা পোত্থজদ্রবা কোরৌ নুমিৎ মহাক্তী, চীংদোন্দগী ফনা লাপথোকরক্লে অয়াকপা মৈশা পূদূনা ।

মতম অসি সুনো লতাদি অহিংসিদা তূম্বা য়াদনা লৈরম্বা সুনোলতা অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা হায়ফম তৌফম খঙদ্রবা থৱাইনা চেংখৈ নিকপগুম নিক্লী কনা অমগী মপাউ তানীংবনা ঙাইঙমদ্রবা অহিংদো। সুনোলতা খনলি ঙসি অহিংসিদী ওন্থোক্লা শাংখ্রেদা । নোংসিবু ঙাল্লরোইদবা জাৎলা ? অসুম্না পূক্লিংদা মওল মওল খনলি, ঙরাং থোকখিবা নোংদম্বগী থৌদোকতো খঙনীংবনা । অদুবু ঙরাং খুদক অদুমক্তদা ঐসু মনাক্তা চৎলম্বা য়াবনি অদুবু --- পন অমখক

থম্বীরমবনা ইকাই খঙদবী তাখিগদ্রা খানদুনা ঐ নঙগী ননাক্তা লাকখিদবনি ঐবু ব্রারৌনুকো দা নোংদম্বা । শোয়বি ঙামবিদবা অদুমদি শিবা মহাদেবানা থৌজানবীয়ু। লমদমসিবু কোনলিবা হে ঈশ্বর শিবা শঙ্কর কোক্তা নিনি পানবা থাবু থোক্লীবা কোকথক্তা চুরদা গঙ্গা ইমানা থৌগনলিবা । ঙকশমদা লিলনা লিক্লাং ওইরিবা খ্বাংদা কৈগী মউনবু থোল্লিবা, হে শিবা শঙ্কর পীনবীয়ু ননাইনা নীংজরিবসে । নিবু নিরবদি থৌজানবীবনি হায়নৈ তাইবঙনা। মানা ঐবু খনবীদ্রবসু ঐদি মাগীদমক লেপখিবীনি। অসুম্না অয়ুক অঙনবা মতম অদুদা হৌগৎতুনা ঙরাং গাড়ি এক্সিদেন্ট তৌদুনা শোকখিবা নোংদম্বগী থব্রাই নিজরি। লমদম অদুবু কোনলিবা শিবা মহাদেবদা শেংলবা থম্মোয়গী মীৎলু পিরাংগা লোয়ননা। নোং নিংফু-নিংফু ঙাল্লকপা মতম অদুদা মমাঙচীংগী নিংথিরবা মফম অমদা লৈরিবা শিবা মহাদেবগী মন্দিরদা চৎতুনা শিবা মহাদেবগী মনাক্তা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অদুদা চেক্লা পি থাদোয়না তোয়না তোয়না খোংলি পি-- থাদোয়-- পি থাদোয় -- পি -- পি--পি পি পি পি। মসিগী উচেকসিনা খোং বসিনি সুনোলতানা থম্মোয় কায়রিবা। পি থাদোয়না হেক খোংবা তাবগা করিগীনো সুনোলতাগী মীৎলু পিরাং ঈহৌরক্লীবা ।

অদুঙৈ নোংদম্বনা মীরমদা লাইরিক তম্বা চৎখ্রিঙৈদা চেক্লা পি থাদোয়না খোংবা তাবদা অথেংবা অহিং ওইরবসু তুম্নম্বদগী হেক্তা হৌগৎতুনা পি থাদোয়বু য়েংজবনি। নোংমদি নোংদম্বনা নুপী অমা হায়না শিনদুনা লুহোংদৌরে হায়বা তাবদা অহিং অদুমক্তদা পি থাদোয়না খোংবদা তাইনফম খঙদ্রদুনা সুনোলতানা মখূৎনা লৈতুম ফক্তুনা উচেক্লা তোংলিবা উপান অদুদা লৈতুম লংসিন্দুনা পি থাদোয়বু তানখি অদুগা মথন্তা খোঙ-খূৎ তিংথোক্লদুনা কাপখিবনি। নোংদম্বগা কইনরনি হায়বসে ঙসিফওবা সুনোলতাগী থম্মোয়না খন্না খন্না খন্দবগুম তৌই । অমুকসু খনলি মথন্তা; ঐসিবু হিংলুবগী করি

কান্নখিনি শিরসিরা হায়বা ৱাখল কয়া অমসু খনলি। তাইনফম খঙদ্রবা নুংশিগী মৈচাক অসিবু কোক্লবা ঐসিবু শিরসিরনে। অসুম্না খঙহৌদবা ৱাখল কয়া মওং-মওং খল্লকই। মসিদনি কুঞ্জরনা সুনোলতাবু লোন্না শেন্নরিবা, শিখি নাখিবা থোকখিদ্রা খন্দুনা। নুংশিবা অমগীদমক কখোক্লি থৱায় হকচাং য়াওনা সুনোলতা খুদোং থীবা তারগদবা মফম খূদিংদা কুঞ্জরনা কয়ারক কল্লি। নোংমনা চৈরাও-চীং কাফম চীংখোঙময়া অমদা, ঙাওসন্নবা নুপা নহা অনিনা সুনোলতাবু ইজৎ মাঙননবা হোৎনরকপা মতমদা কুঞ্জরনা কলখি। নোংমনা মনিপুরগী নোংপোক্তা বর্মাগা তাইনবদা লৈরিবা চীংশাং পরেং খরা অসিদা, হৌরীবা উরি-ৱারী শিংনা চীংদুগী চীংমায় মনীংলোম থংলকপা শরুক মখৈনা উরি-ৱারিশিংনা য়েৎলোমদগী য়েৎলী অমসুং বর্মালোম থংবা অদোমদনা ওইরোমদগী য়েৎলক্লগা কাবা উরী-ৱারীশিংগী থিজনবা য়েংবা কোলেজগী জিওগ্রাফি টুর চৎপদা চৎমিন্নরিবা মরক্তগী মীওই অমা অনিনা সুনোলতাবু মখোয়না কোয়গে হায়বা য়াদে হায়দুনা সুনোলতাবু মফম অদুদা খুদোংচাবা লৌননবা হোৎনরকখিবনি অদুবু মফম অদুদসু কুনজরনা থৌনা ফনা থেংনদুনা সুনোলতাবু কনখি। অদুবু ঙক্লিবদি তাম্লবা মফম অদুদা, করম্না কুঞ্জরনা লৈরম্লবনো? কোলেজ জিওগ্রাফি টুর চৎপদদি কুঞ্জর য়াওদবনি, মসিনি সুনোলতানা ঙক্লিবা। মদুনা মরম ওইরগা খোঙচৎ অদুদা কোলেজগী ৱাথোক ওইনখি। অসুম্না ফজবা হায়বসিদবু মীওইবনা খুদোংথীবা খরা ফংই। ফজবা হায়বসে থৱায় মাঙনীংঙাই শরুক অমনি হায়বসে চুম্মী, অসুম্না সুনোলতানা কোলেজ তম্বা লোইদনা মখা অমুক কোলেজ তমখিদরে। মমানসু মচানুপীবু মপাল থোকপা পাম্লক্তরে, মপুং মরৈ ফারকপগী থৱায় ৱাবা অদুতা নত্তনা ফত্তা নুংদা কয়া অমা থোক্লখিদ্রা কিজদুনা মচা নুপীবু ফিরোল শাহন্দুনা য়ূমদা লৈরো হায়রকপা, মচানুপী সুনোলতাসু মমাগী অপাম্বা ইনবদা নত্তনা মমাগী মতেং পাংলগে খল্লে। অমসুং

মশানা মশাবুসু মপাল থোকপা কিরক্লে। সুনোলতাবু হেক উখিবা মীপুম খূদিংমক্না সুনোলতাবু য়েংলগা ইস ; হায়দবা অমত্তা য়াওদে। মসিনা মরম ওইরগা সুনোলতাগী খুদোংথীবা কয়া থোক্লখিনি হায়দুনা লৈকাই মীনা সুনোলতাবু নুংশিবীদুনা চেকসন্নবা ব্রা কয়া হায়বী লৈকাই মনে-মচে কয়ানা। লৈকাই মীওই কয়ানদি থম্বাল ঙাংবী মমা মচাবু য়াম্না নুংশিবী। লৈকাইগী করিগুম্বা থৌদোক ব্রাথোক অমা থোকপা মতমদা ঐগী মীগী নাইদনা থবক ইংখাঙ হেক্তা হোৎনবী। মরম অদুনা থম্বাল ঙাংবী মমা মচাগী থবক অমা থোরকপদা লৈকাইগী মীনা করম্না তূমিন্না লৈথোকপা ঙমগনি। শক্তা ফজবতা নত্তনা পূকচেলসু য়াম্না ফজবা সুনোলতা মমা মচা মখোয়গী পুন্সিনি।

ঙসিদি সুনোলতা পূক্লিং ইনৌ-নৌনা হৌখিবা পুন্সি শাংনা নীংশিংদুনা মাঙ্গোল ডারি অদুদা মখোঙ য়াম্থ্রদুনা ফমলগা হৌখিবা থৌদোকশিং মথং-মথং নীংশিংলি খূৎনিংনা খুউদা শৌদুনা, খূৎনা খদাং ঙাক্লগা।

## ২ শুবা শরুক

হৌজিক্তি নোংয়াইগী আশা লোইনা কায়রে। অচৌবা দশা অমা তারে, সুনোলতা ফাবা চৎপদা । উচেক্কোলগী কোল্লিবা লাইরেম্বী অদুগী থোংঙাকপা ওইনা লৈরিবা শিবা মহাদেবগী মন্দির মপাদা লৈরিবা চীং অনিগী কারক অদুদা এক্সিদেন্ট থোক্তুনা লোক্ মচা অদুদা তাশিন্দুনা কয়াদা থীনা শোকখ্রে। নোংদম্বনা খোঙ য়েৎ অদু তেক্তুনা খোঙ নাম্মা য়াওদবা ওইরে, অদুগা মখোয়গা চৎমিন্না নুপা অমদি শিরে। নোংয়াইনা খঞ্জবা আশা পূম্নমক কায়রে অদুবু ঙকচাও অমদি থেক্লি। পৈশা পায়বা ইনাক খুনবা ঐনি। খুনসিদা নোংয়াই ঐমুক পৈশা পায়বা কনা লৈরিবগে? ঐগুম্না ইনাক খুনবা লমদমসিদা লৈরিবরা অনিশুনা? নোংয়াই ঐনা চাউথোক্লা হায়রিবসিনি। ইচানা খোঙ নাম্মা য়াওদ্রবসু অশেংবা খোঙগা চপ্ মান্ননা হাপকনি। অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা অসুম্না নোংয়াইগী মচা নুপা নোংদম্বা খোঙ তেকপা। অদুগী নুংঙাইতবা অদুগী মরক্তা পৈশা পায় হায়দুনা থম্মোয় চাউথোক্লি। নোংদম্বা ডাক্তর অনা সঙগী কা অমদা হৌখিবা থৌদোক মথং-মথং নীংশিংদুনা কপলি, অসুম্না মথন্তা শোনজৈ; ঐনা সুনোলতাগী মফমদা কয়াদা তমথীনা খল্লিবা করিগীনো? থম্মোয় শেংনা নুংশিনরকপা মা ঐগী নুংশি মরিসে, ঐনা মাবু নমথাক তৌদুনা লম্বী অমদা চিংশিনগে খল্লুরিবা ঐগী ফত্তবা ৱাখলসে ঙসিদি চৈনা ফংলে, থম্মোয় কায়রে, মীগী থম্মোয় কায়হল্লুবনা ঐগী পুন্সিসে শোইনাইরে। পূক্লিং নুংশিনা কপ্লগা হায়রকই "ঐ নঙগী নফমদা য়াম্না লানখ্রে" ইরানগী দন্দিশিং অদুনা ঙসিদি ঐহাক চৈনা ফংলে, হায়ফম খঙদবা চৈনানা ৱামৈগুম চাক্লে, থম্মোয়সে পুবা ঙম্লক্তরে। অসুম্না শোল্লগা হিক-হিক্ কপলি নোংদম্বা। সুনোলতাসু নোংদম্বগীদমক কপতবদি

নত্তে। গাড়ী এক্সিডেন্টদা নোংদম্বা খোঙ নামা য়াওদ্রে হায়বা তাবদা সুনোলতানা লৈফম খঙদনা ৱাখিবা নুমিত্তো কনা অমত্তা খঙখিদে অপোকপী মমা নত্তনা অদুবু মমানা মচানুপীদা হায়খি, "ইবেম্মা নহাক অনাবা নোংদম্বগী মনাক্তা চৎনীংবরা? ঐসু নুংশি নুপা মচাদো? অদুবু মতম খরদি মহাক্কী লিচৎতো মণা মরী লৌরকপগুম উরকপা অদুদা ঐ মাবু খরা ৱারৌই। অদুবু ইমাসু নুপীনি ইচাগী থম্মোয় খঙদবদি নত্তে।

সুনোলতানা কপ্লগা, ইমা ঐ মাবু তসেংনা নুংশি ঙসিসু নুংশিরি, অদুবু ---- মাগী ওইরমগদবা শক্তম অদুদি ঐ উনীংদ্রে। হিক-হিক লাউনা কপলকই। অদুবু, মাবুদি তসেংনা উনীংই। মমানা মচাগী মাইথোংদা তারিবা অৱাবা শক্তম অদু উরকই। মমানা মচাদা হায়রকই, মমান্নবী অমদা হায়বগুম -ঐসু খঙই, নঙনা নোংদম্ববু থম্মোয় সেংনা নুংশি হায়বা অদুবু ঐখোয় নুপীবু মখোয়না লৈগুম্না উবদি য়ানীংদে। হেক্লীংবা মতমদা হেকপা হুন্দোক্লীংবা মতমদা হুন্দোকপা। লৈনানা তগৎ-তগৎ তেক্লিঙৈ য়েংবা নুংঙাইরিঙৈ মখূৎনা পায়রম্বা, লৈনানা চাইথরকপা মতমদা মাগী নত্তে হায়বা, মসি নুপাশিংগী শাজৎ ওইরগসু মখোয় মপা-মচাগী লিচৎনা খরা হেনবরা খল্লি। মচা নুপী সুনোলতানা মমাদা য়েংলগা তপ্না হায়রকই ; ইমা নুপী ঐখোয়সিবু ঙসিগী সমাজসিদা কয়ামুক য়াম্না তোনবগে? মমানা মচাগী ৱাহং অদুগী পাউখুম ওইনা হায়রকই-মপু নাইবা লৈকোল অমদা শাৎপা লৈদি য়েংবা য়াবা য়েংলম্লগা লৈ মশক হায়রম্মী অদুবু লমহাং-তুমহাংদা শাৎপা লৈদি কয়া ফজরগসু মমল লৈতে, য়েন্দাইদা হাপনীংদে, মপুদা কৎনীংদে। অদুবু তাইবং মী পূম্নমক অমগা-অমগা শক-চু মান্নদবগুম, লৈদসু লৈ অমগা-অমগা শাওং শাদা, লৈগী লৈনম খেন্নে। ফজবা ফজদবা হায়বদুদি পূক্লিংগী ৱানি। অসুম্না মমা মচা, নিংঙোল মসে ৱারী শারিঙৈদা পুন্সিবা লাকই, নোংদম্বা মরুপকী

মপাউ পূদুনা। পুন্সিবনা সুনোলতা অমসুং মমা থম্বালঙাংবী অনি ৱারী শারিবা য়ূমগী অৱাং থংবা নাকন্দা পরপ্-পরপ্ চঙশিন্দুনা মনাক্তা লেপ্লগা কৌরুই ; ইনে হায়না, ঙসাই মখৈ মমা-মচা ওইরবসু নিংঙোল মসেলগী পূক্লিংগী অৱাবা ফোংদোক্লদুনা পূক্লিং নৌনরম্বা মতম ওইবনা মী লাকই হায়বা খঙদবা মখৈ লৈরম্বনা নুপা অমনা কৌরগা মনাক্তা লেপ্লম্বা অদু মমা মচামক খুম্বা নংদনা য়েংথোরকই। পুন্সিবনা মনাক্তা লেপ্লম্বা অদুদা, সুনোলতা পূক্লিং নৌরকই। মপি ইরা চেল্লকই, পুন্সিবা হায়না কৌরক্লগা মখূৎ অদুনা চেম্থরক্লিবা মীৎকী পী অদো থিংনবা হোৎনরকই, অদুবু পূক্লিংগী ইথিলনা কনবনা পীগী তোবর্বান অদু নমখাইদুনা চেম্থরকই সুনোলতাগী মীৎকী পীনা। পুন্সিবসু ফাওই চৈনা অদো।

থম্বালঙাংবীনা - ইবুংঙো ঙাক্লিবরা?

পুন্সিবা - হোই ইনে।

থম্বালঙাংবী- ইনে ফিদা লৌথোকলুখিগে, ফম্মু।

পুন্সিবা - য়াররনি ইনে। থম্বালঙাংবী ইমুংদা চঙখি। সুনোলতা কপনিংবা ফাজিননবগী খোঞ্জেন্না হায়রকই -কমদৌরী মহাক্তি? নুংঙাইরিবরা?

পুন্সিবা - নীংঙমহৌদ্রবা ইরানগী চৈনা ময়াম অদো মপোৎ ফারে। মহাক মশানা মশাবু ৱারৌহৌরি, অদুবু পাউ অসিদি করম্না তমগনি হায়না মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লি। সুনোলতানা মখা তানা খঙনিংনা হংলকই, খোঙদুদি ককপদা মতারে?

পুন্সিবা - খোঙদুদি কক্তবা য়াররোই, শোইনাইবা হায়বা অদুম্মদি মহাক ওইরে, নোংদম্বগী ৱা অদু তাবদা হিক-হিক কপ্লকই সুনোলতা, পুন্সিবনা ৱা মখা তারকই; অদুবু মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি হয়েং করি ওইগনি খঙদ্রি। পোকপদগীনা ঙসিফাওবগীদি খঙলে। মীৎকুপসিদগী পুন্সি করি ওইগনি খঙদ্রি।

মমানা - ইবুঙো সে ফিদাসিদা ফম্মু, ইনে চানবা করিনো খরা শেম্লক্কে।

পুন্সিবনা - য়ারে ইনে, শেমলুরনু। সুনোলতাসু নোংমতংদি করম লেল্লি হংহন্নীংই, মরুপ নোংদম্বনা সুনোলতাবু অমুক্তং উনীংই হায়দুনা শোলহৌই। ঐবু সুনোলতা পুদুনা লাকউ নম্রগদি ঐসু লাক্লগনু হায়রকই।

থম্বালঙাংবীনা - ইবুংঙো ইনেদি করি হায়গদবনো খঙদ্রে। মরুপ অমনা অৱাবা তারবদা মরুপ অমনা মতেং পাংবা হায়বসে তঙাইফদবনি অদুবু নুংশিদি নুংশি হায়ববু অনাবা হংবা চৎলূবা লূইনে ইমা ইচাগীদি? থম্বালঙাংবী মমানা হায়রিবসে য়াম্না লুবা ৱানি। মতম অমদা, নোংদম্বা অমসুং সুনোলতা নুংশিনরকই হায়বা মীয়ামসু খঙই। অদুবু নোংদম্বা অতোপ্পা নুপী অমা চেল্লূদুনা লূহোংনবা শেম-শাবা নুমিৎনি । লুহোংবা নুমিত্তা কন্যা চেলখ্রে। ইকাই খাঙদগী লুহোংবা কায়বা য়ারোই হায়দুনা সুনোলতাবু চেল্লক্লবা মপানা হায়রকই। অদুবু সুনোলতাসু মনে অমসুং মমাখোয়না হায়না শীংনদুনা ৱাবগাইদা লুহোংনবা নুমিৎ লেপ্লখ্রবা ৱারোই-পোৎ পুখ্রবী সুনোলতানি। তৌবগীদি চহিমুক ৱাৎনরি। নোংদম্বগী মপা নোংয়াই তসেংনা নুপীশিংবু লৈদ-লৈগুম্না উবা মীনি, মরম অদুনা মচা নুপা নোংদম্বগা লুহোংগদবা নুপী অদু অতোপ্পা নুপা অমদা চেলখ্রে লুহোংবা নুমিৎসিদা, নোংয়াইনা হেক তাবগা থম্বালঙাংবীগী মচা থম্বালঙাংবীদোন হায়নসু খঙনবা সুনোলতাবু চেল্লক্লবা মচা নুপা নোংদম্বদা কন্না ইন্সিল্লি, নোংদম্বসু সুনোলতাবু তসেংনা নুংশিজবা পুন্সি খোঙলোই ওইগে খঞ্জরকপনিনা হায়রিবদু য়ানিংই। চহি কয়া নুংশিনরকপা সুনোলতাবু লুহোংদবা হায়বসে নোংদম্বগীদি নীংবা কায়বা অমনি। অদুবু মপা নোংয়াইনা

অতোপ্পা নুপী অমা নমদুনা চেলহনখিবনি, অদুবু নুপীমচা অদুগীসু পামজবা নুংশিবা অমা কায়নরকপা হায়বসে মাগীসু নীংবা কায়বা অমা ওইরকপনিনা লুহোংবা নুমিত্তা নুংশিনজবা অদুদা চেলখিবনি। মসিদা কনাবুসু ৱারৌনীংঙাই লৈতে। মশক ফজৈ হায়দুনসু লাইরবী লুখ্রাবী মচা অমবু মমৌ ওইনা লুহোংবা লৈকাইনা করি হায়নখিনি খনবদা নত্তনা থম্বালঙাংবীবু মাগী ওইনীংদুনা নোংমা নুমিদাং অমদা চঙলুবদা, থম্বালঙাংবীনা লৈকাই ময়াম তাক্কুনা নোংয়াইবু ইকাইবা শীখি। অদুগীদমক থম্বালঙাংবীগী মচা সুনোলতাবু পামদবা শাখিবনি। নুংদদি হায়নীংঙাই লৈতনা ঙাংবী মমা মচাবু পামজবা নোংয়াইনি। অদুবু ফগদ্রা হায়দুনা শীল্লুবা হৌজিক্তি লোইনা অরেম্বা তারে, নোংয়াইগী ঙকচাও থেকপা পৈশা পায়বা খুলসিদা ঐনি, খুলসিদদি নিংথৌগুম্না ঐনা হায়বা য়াগদবনি, ঐবু কিগদবনি খঞ্জবা মাগী পৃক্লিংগী নাপল অদো লমদম অদুবু কোল্লিবা লাই অদুনা উরদুনা ঙসিদি চৈনা পীবা হৌরে। নোংদম্বা মশা মথন্তা ঙসিদি সিরসিরা হায়না খনবা হৌরে। হিংবদা মীগা মীমান্নদ্রবা নোংদম্বগী পুন্সি অসুম্না ওইরক্লি হায়বা করম্না থাজগনি। অদুবু সুনোলতাগী মফমদা ঐগী ইরানসিদংদি ঙাকপীয়ু হায়নীংই। অদুবু ঙসিদি নোংদম্বা ঐগী ৱাসে তাখিগদ্রা? অদুক থম্মোয় চমজবা মঙোন্দা করিনো ঐনা খল্লুরিবা? ঐনা হায়বদা য়াজবী ঐবুতা ঙাইদুনা লৈরম্বী সুনোলতা নহাক ঙসিদি হায়ফম খঙদনা নুংশিরক্লে।

অসুম্না নোংদম্বনা ডাক্তর অনা সঙগী ফমুংদা অনাবগী চৈনা খাঙবা হোৎনরি। নুংশি মৈচাক অমুক হাপলকই। নুংশি মৈচাক খাঙবা হায়বসে মসিবু ফনবা হিদাক লৈরবদি নুংশিববু কাওবা ঙম্লমগদবনি, অদুবু নুংশিববু কাওবা ঙম্লবা চৈনা

খাঙলিবা মীশক অমনা অথেংবা অহিং কয়াদা মদোম অচিকপদা চৎলি, থাবল ফরবা অহিং কয়া মদোম অচিকপদা ফমলুবা, নুংশি মৈচাক হেল্লকই, অচাকপ মৈদা ইকং হুনশিলবগুম। উরিরৈনা বীরেনগী মৈচাক খাঙবা অদুবু কমলনা অসুম্না উরম্মী "অথাপ্পা চীংদা চাক্লিবা লাম্মৈদি অহিং তাংলৌ থেংলক্লগা নোংদোন লিক্লা তারক্লগা মুৎচখিনি মদোমমতা, থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসিদি অহিং তাংলৌ থেংলক্লগা মৈচাক ফবা হেনগৎলকই" অদুগুম্না সুনোলতা অমসুং নোংদম্বা ব্রানা খাঙলক্লি নুংশি মৈচাক। নোংদম্বা পোরোমপাৎকী জে: এন: হোসপিটালদা অব্রাংবা কাগী অনা ফমুংদগী থোঙনাওরোমদা য়েংথোকখিবদা, অথাপ্পা চীংদা চাক্লিবা লাম্মৈশিং অদুবু উরুবদা নীংশিংলকপনি। তোম্বনা, নোংদম্বগী মীৎলুদগী তারক্লিবা পীশিংদো ফি অমনা তপ্পা তৈথোকপিরগা হায়রকই -কৈদৌরে নোংদম্বা কপ্লবদি? নঙনা থোঙনাওদা অদুক মুন্না য়েংলিদুনা করিগীনো? নোংদম্বা পূক্লিং নুংশিনা হায়রকইদা তোম্বা, য়েংঙু থোঙনাও অসিদা।

তোম্বা - ফুরা দলান কয়া ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙালদা উবা নত্তনা অতৈদি থোইনা উদে। নোংদম্বনা তপ্পা অমুক হায়রকই -অথাপ্পা চীংদা চাক্লিবা লাম্মৈদো উবরা?

তোম্বা - নোংমাইজিং চীংলোমদা চাক্লিবা লাম্মৈসিরা।

নোংদম্বা - অসুক কন্না চাক্লিবা লাম্মৈসে কনানা মুথৎকনি?

তোম্বা - মসিদি মথন্তা মুৎচখিনি।

নোংদম্বা - থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসিদি কৈদৌঙৈ মুৎকনি?

তোম্বা - ঐগীদমক ব্রারিবা মহাক অদুনা। নোংদম্বনা মথন্তা অমুক শোল্লি ঐনা শত্তম অমখত্তং উনিংই অদুবু উবা ফংলরোই ঐগী পুন্সিসিদা, সুনোলতা নহাক ঐবু করি অমত্তা নুংশিদরব্রা?

নহাক ঐগী পাউসে তারম্লনিকো? তারগসু মহাক ঐগী নাক্তা লাক্লীংখিগদ্রা?

তোম্বনা - করিসু খল্লুরনু, নোংমতসু নঙগী নাক্তা লৈরম্লবী নুপী লুহোংবা নুমিৎ অদুনা মহাক্না অতোপ্পা নুপা অমদা চেনখিবী নুপী অদুগীদমক তোম্বনা ওন্ন-তৈননা হায়রকই।

নোংদম্বা -মহাক্না চেনখিবা অদো, মহাক্কীসু নুংশিনজবা থুংনজরিবা ওইরিনি, অদুগীদমক্তদি ঐ করিসু খলদে, ঐনা ব্নারিবসিদি ব্নারোইপোৎ পুখ্রবী ঐগীদমক লেপ্লন্বী সুনোলতা মহাক, তসেংনা ঐবু কাউখ্রবরা? নত্রগা শোইনাইরবা ঐগী পুন্সিসে মহাক কানররোই খলখ্রবরা খঙদে, দা তোম্বা, হায়রগা হিক্ল-হিক্লা কপ্লকই। তোম্বনা তপ্না হায়রকই -অদুগীদমক্তদি করিসু খল্লনু সুনোলতা হায়রিবী নুপীমচা অদুদি পূকচেল শেংবী, থম্মোয অনি লোঙদবী যাম্না চমজবী, লেপখ্রবা পূকচেলদি হোংদবীনি, ঈংজ-তপচবী, থোৎনা নৌজবী থম্মোয়গী লৈকা খুদিং ইবুংঙো নোংদম্ববু লাৎচবীনি, মানা হেন্না লৈফম খঙলম্লোই। ঙসিসিমক শোয়দনা লাক্কনি ব্নাবীরুনু ইবুংঙো, মদুনা হেন্না অশেংকপা ফররোই অসুম্না ডাক্তর সঙগী কাদা হায়ফম খঙদনা চৈনা কয়া খাঙলি।

সুনোলতা নোংদম্বনা লৈরিবা ডাক্তরগী অনাবা কাশিং অদু য়েংলকই, কেবিন কা থ্রি হেক উবদা সুনোলতা পূক্নিংদা হায়ফম খঙদবা অৱাবা অমা ফাওই। কা অদু হেক চেপথরগা য়েংখিবদা নোংদম্বনা মী অমা লাকপা মাল্লি হায়না য়েংথোরকপদা চমম্লনা মীৎচান্নখি। হেক মীৎচান্নবা মীকুপতা থম্মোয় অনিদা ফাওনরকই নুংশিবগী ইথক ইপোম মরক্তা মতম কুইনা উনদবগী অৱাবা অমসুং উনবগী পূক্নিং নুংশিবা অমসুং শোইনাইরবা নোংদম্বগী মতৌ। কায়নবগী চৈনা শোক্নদুনা নৈরিবা মখোয় অনিগী মতৌ অদু অখংবা কনা য়াওরবা, উরিবা মীৎকুপ অদুগী মতৌ অদুদা কপতবা কনা ঙমগনি।

সুনোলতা অমসুং নোংদম্বা হেক উনবা মীকুপ অদুদা কপ্লরকই কৌনবা নঙনদনা, মীৎকী পীদূনা কৌনখি, পীরাংদুনা পাউখুম্নখি। ৱা অমত্তা ঙাঙনদে, সুনোলতাসু ফক্লাংদা ওনশিন্দুনা খূৎ অথোৎপা মচা অনি অদুনা তোক-তোক সুরগা হিক-হিক কপ্পী। নোংদম্বা মানা হিপ্লিবা অনাবগী ফমুং অদুদা মমাই অদো মোন্দা উপশিন্দুনা হিক-হিক কপ্পী। অনাবা সেবাগীদমক লৈরিবা তোম্বসু কপ্লম্বদগী হৌগৎলক্তুনা সুনোলতাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা অসুম্না থেমলৈ -ইবেম্মা কপকনু নঙনা কপলবদি অনাবা মহাক্তি করম্না খাঙগনি। সে ফম্মু ইবেম্মা সুনোলতা, অসি হায়রগা কপখি তোম্বসু সুৎ-সুৎ, কপকনু থেম্লম্বা মহাকসু। মখোয় অনিগী মওং মতৌ অদুদা থম্মোয়দো পুবা ঙম্লক্তুদুনা হিক-হিক, সুৎ-সুৎ নোংদম্বনা তপ্না হায়রকই -ঐ করি অমত্তা তৌদে, নঙ করিগী কপলিবনো? নহাক ঐগী পাউসে তারগা করিগী ঙসিখক্তা লাক্লিবনো? সুনোলতানা খুম্লকই -ঐনা ননাক্তা লাক্লবা লম্বীদি দা নোংদম্বনা চাখাইদুনা মাঙহনবীখ্রগা। নোংদম্বা -ঐ তসেংনা নঙোন্দা লালখ্রবা মান্নে সুনো, ঐগী ইরালসে অমুক্তা ঙাকপীয়ু।

সুনোলতা -নুপানবু অদুম্না হায়গনু নুপা মান্দে। তঞ্জা অদুদা তোম্বনা হায়রকই -ইবেন্মা নহাক লৈরম্মু ঐ চানা থক্লবা মপান্দা লোইশিল্লুখিগে, ডাক্তর রাউন্দ লাক্লিঁৱদা। অসি হায়রগা তোম্বা কাদগী থোক্কে তৌবগা সুনোলতানা হায়রকই-দা তোম্বা ঙসিগীদি ঐ হোৎনজরমলগে? তোম্বা মীগী অৱাবা খঙবা য়াম্না শিংবা মীনি, তোম্বা, ঐ অদুম হোৎনজরুগে, ইবেন্মা অদুম লেঙদনা লৈবীরম্মু অনাবগী নাক্তা হায়ন-হায়না থোকখি। নোংদম্বা মখা তারকই -কমদৌরী নুংঙাইরিকো? সুনোলতা ? সুনোলতানা -নুঙাইরি হায়না খুম্নগে ৱারৌদনবা। নুংঙাইরমগনি হায়নসু অদুম খল্লু। মরৌ লৈবা সুনোলতাগী পাউখুমনি। নোংদম্বনা -ঐগীদি হংলক্লরোইদ্রা? সুনোলতা কপ্লগা -হংনীংলম্বনি অদুবু ----। পাউখুমদো ঐ তাবা ঙম্লরোই, তানবগী থম্মোয়সে মীপাইরে। লুহোংগদৌরবা বোর অমগী মনাক্তা লম্লানবী নুপী অমনা অনাবা হংবা লাকপা হায়বসে খঙদবা কনাগুম্বা অমনা ওইজবা থিবীনি শোইদনা হায়নবীখিনি। নোংদম্বনা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই -সুনোলতা ঐবু হন্ন-হন্না ইকাইবা পীরনু ঐ খাঙবা ঙম্লক্তরে। সুনোলতানা - নঙগী লুহোংবগী পাউ হেক তাবদা শোকখিবা ঐগী থম্মোয় লুহোংবা নুমিৎ নকশিল্লক্লবদা খাঙফম খঙদ্রবা নুপী মচা অমগী থম্মোয়না করম্না খাঙলমগনি খঙবীদবা অদুগা ---- লুহোংবা নুমিৎনি ঙসিদি। ইমানা নুমিৎ অদুদা মচা ঐঙোন্দা য়েংঙমদনা য়েংলকপা, অদুগা ঙাইহাক লৈরগা গাড়ী এক্সিদেন্ট তৌরে ঐখোয়গী মমাং চীংগী শিবা মহাদেবগী চীং কারক্তা, পাউ অসি হেক তাবদা ঐহাক ননাক্তা চেলনীংলকখি। অদুবু ঐগী উপায় লৈখিদে। পাঙ্গল থৌনা ফুদোকপা ঙমখিদে, লুহোংগদৌরবা বোর অমগী নুমিৎ ওইবনা। নোংদম্বনা তপ্না হায়রকই -লুহোংগদৌরীবী নুপী কৈন্যা চেলখ্রে হায়বা নহাক নুমিৎ অদুমক্তদা তারমগনি অদুবু ----। অসুম হায়রগা শ্বর শাংনা হোল্লগা হায়রকই -ঐনা ইকাইবা নংখিবদো নুমিৎ অদুদা,

সুনোলতানা মরক থৎলগা হায়রকই -মীবু অদুক ইকাইবা পীরম্বা নুপীদুবু করি নুপীনো ? থম্মোয় অদুক কনবীদুবু ? নোংদম্বনা সুনোলতাগী ৱা মরক থৎনা হায়রকই -ঙাকপীদুনতা লাক্লবা ঐগী ইরাল কয়াসে ঙসিসু ঙাকপীয়ু, লুহোংবা নুমিৎ কাইহনবীনু হায়দুনা হায়জবা লাকচখিবনি অদুবু --- ঙসি ওইরিবা ফিবম অসিনি। অসুম হায়রগা কপখি। সুনোলতানা -পাঁউ হেক তাবদা ঐনা ননাক্তা কয়াদা লাক্লীংখিবা অদুবু --- ঙাইহাক তূমিন্না লৈরগা ঐগী নুংশিবগী লম্বী থিংজিনবীরম্বনা ঐহাক কয়াদা ৱানা খাঙজখি। মদুনা মরম ওইরগা নুমিৎ অদুদা ননাক্তা লাকচবা ঙমখিদে, ইমাগী ৱাহৈ অমগী পাউখুম পীবা ঙমদনা ঙাইহাক অথিংবা থমখি অদুবু মচাগী অৱাবা অদো য়েংবা ঙমদ্রমান্নে, হিক-হিক কপ্লগা ঙসি লাকচরিবসিনি ঐবু বারৌবীগনু? নোংদম্বনা পূক্লিং নুংশিনা হায়রকই -ঙসিদি খোঙ নাম্ম য়াওদ্রবা ঐগী পুম্সিবু করম লেল্লিবগে হংবীবা লাকপীবা ঐগীদি কয়াদা লাইবক ফরিবা অদুবু লাইবক ফরবা কনাগুম্বা অমগীদমক ৱারোইপোৎ পুখ্রবী মীগী মচা নিংঙোল অমনা ঙসি শোইনাইরবা নুপা অমগী মনাক্তা কুইনা লৈবসে অখঙবা মীনা করি হায়নরমগনি? সুনোলতানা -ঙসি ননাক্তা লেপচবা ফংজরিবী লাইবক থীবী নিংঙোল ঐগী লাইবক কয়াদা ফরিবনো? পূক্লিং নুংশিনা সুনোলতাগী মায়থোংদা য়েংলগা মীৎলুদা পীনা নিক-নিক লাউনা পাথগদবা অদুবু ফাজিল্লগা হায়রকই তপ্না মপুং ফাবত্তবা ৱাহৈনা “সুনো নঙনা ঐবু কাউবীরমদবা অসি শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে। সুনোলতানা অসুম্না খুম্লকই মীৎলু পীরাংগা লোয়ননা -মীকুপ অমত্তং ওইরবসু ননাক্তা লেপহনবীবা ফংজরিবসে অসিদগী হেন্না চাউবা ধর্ম্ম লৈজদ্রে ঐগীদমক্তদি। নোংদম্বনা -ঐ খঙই ইরান লৈ হায়বা সুনোলতা। সুনোলতানা তপ্না খুম্লকই -অদুক মমল য়াম্বা ৱাহৈশিং অদো ঐগী ইফমদদি হায়গনু, ঐদি তসেংনা মতিক চাদবীনি। অদুগীসু মথক্তা

লুখ্রাবী মচানি। নোংদম্বনা -ঐবু কয়ারক ইকাইবা পীখিগে খল্লিবগে সুনোলতা? সুনোলতানা -ইকাইবা পীজবগী ইতিক লৈজদে। নোংদম্বনা -ঐনা ঙসি ওইরিবা পুন্সি অসি নহাক্কী নফমদা লালখিবশিং অদুননি। সুনোলতাগী ৱারৌবা ৱাহৈনা হায়রিবা ৱাহৈ খূদিংমক নোংদম্বা খঙবা ৱাই। করিগীসু ৱাদনি, পীক্লিঙৈদগী হৌনা নুংশিনরক্লবা সুনোলতা অমসুং নোংদম্বা মখোয় অনিগী মওং-মতৌ অসি অখঙবা মী কয়া অমদি ঙক্লি। হয়েংগী পুন্সি করি ওইনি খঙদবনা নুংশিবদসু অৱাবা খরা থেংনদবা নত্তে। অদুবু লাইবক্লা তম্বা হায়বা অমা লৈবনা সুনোলতা অমসুং নোংদম্বা অমুক উনহল্লি, তাইবঙ শেম্বা মপুগী খূৎসেম্না, অদুবু লাইবক হায়বসে হয়েংগীদি করি তমলি খঙদবনা নোংদম্বগী পুন্সি য়েংহৈদ্রবা মীওইবগী পুন্সি অমা ওইরে, লুহোংবা নুমিত্তা কৈন্যা চেলখ্রে, লুহোংবা কায়বা য়ারোই ইচাগী নুপী ৱাৎপা য়ারোই হায়দুনা ঙকচাও থেকচবা নোংয়াই ঙসিদি মচাগী মখোঙ য়াওদ্রবা পুন্সি অসি উবদা মহাক করি খল্লিবা? অৱাবা অমুক্তা তাদ্রিবা নোংয়াইগী পুন্সিনি অদুবু ঙসিদি অৱাবা হায়বা শরুক অমা ফংবদা নোংয়াই পী তানা কপতবদি নত্তে। মীওইবনা মশা মশাদা চৈনা ফংলবা মতমদা খঙলকই মশানা মশাবু। নোংদম্ববু মপা নোংয়াইনা লম খরা হেলহনখিবনি, নুংঙাইনা অৱাবা খঙহন্দনা য়োক্লকপনিনা। অদুবু নোংয়াই ফজবা নুপীদা ঙাওজবা মীনি, মতিক মপা চানদবা ওইরগনা ইমৌ ওইজগে হায়দুনা মশক ফজবা নুপী মচা কয়াদা ইতৎ তত্তনা লক্লরিবনি। নোংয়াইগী পামজবা অদুনা মচানুপা নোংদম্ববু মাগী ৱাখল মমি অদু তাহন্নবা হোৎনৈ। মদু পূম্নমকশিং অদো ঙসিদি নোংদম্বনা নীংঙমদবগী ৱামৈ চাকহল্লে, মৈরী থোক্তনা চাকপা মৈচাক্তি মীওইবনা খঙবা ৱায়।

## ৪ শুবা শরুক

মীব্রা অমসুং চীনগাইব্রা কয়াদগী রেবিকাগী পুন্সিসু অব্রাবা অমা ওইরে। অঙাং অনি সুরবা রেবিকা মচা অহন [illegible] চহি তরুক শুরে। রেবিকাগী নুপা অমসুং রেবিকা নুংশিবদা থাজনদবা কয়াদগী ইশৌ লাংবা ইমুং অমা ওইরক্রে। রেবিকাগী নুপানা রেবিকাবু লান্না লৌরি, রেবিকানা মপামদা চৎপদা অমদি নোংম-ফাদোক অহিং লেল্লকপা য়াওখিবা মরম কয়া অসিনা নোংমগী ইমুং মনুং খৎনবা লাউ০নবা তোকতে। অরানবা ব্রাখল কয়া অমনা রেবিকাদা মবান কয়া পীরি মসিনি রেবিকানা হায়ফম খঙদনা ব্রারিবসে। তত্তনা খৎনরিবগী মরম অমা লৈফম থোকই, লৈসু লৈ চিংনফমসু থোকই, অদুবু মশানা অরানবা থবক তৌরুবনা মীবুসু থাজবা ঙমদবসিনি। অতৈ মরম অমগী নত্তে রেবিকাগী মপামগী য়ূমলোন্নবদা রেবিকাগা পাখঙ লৈশাবী ওইরিঙৈদা নুংশিনরম্বা নুপা পুন্সিবা লৈবগীনি। পুন্সিবা হৌজিক পাখঙ ওইনা লৈরি য়ূম অমুক পাল্লরোই নুপী হায়বা জাৎসে ঐ অমুক খঞ্জররোই হায়না নীংবা কায়না লৈরিবা পুন্সিবনি।

রেবিকাগী নুপানা রেবিকাবু লমচৎ লূরক্তবী নুপীনি অমসুং হৌজিকসু পুন্সিববু কাউদে মরক মরক্তা মপামদা চৎলি মরম অদুনা মহাক হৌজিকসু পুন্সিবগা মরী তৎনদ্রি অসিনি। রেবিকাদি থম্মোয় শেংনা হায়জৈ, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী পুন্সিবগা লোয়নরকই, স্কুল কোলেজ পূন্না তম্মিন্নরকখি থম্মোয় শেংনা নুংশিনরকই অরালবা ব্রাখল ফত্তবা থবক অমত্তা তৌখিদে, য়াম্না থম্মোয় শেংনা নুংশিনরকপনি হায়না ইতৎ-তত্তনা রেবিকানা হায়জৈ অদুবু ---- রেবিকাগী নুপাদুনা থাজবা লৈতে। রেবিকাগী নুপানা ব্রজদগী হেন্না

কনবা ব্রাহৈ কয়া ইতৎ তত্তনা রেবিকাদা হায়বী। ঈশিংদা থাঙনা য়ানমববু মমি তাবরা? অদুবু ঈশিংদা মমি তাদে হায়দুনা ঈশিংদা তোয়না থাঙনা য়ানশল্লবদি ঈশিং অদো ঈথক ঈপোম হৌগনি, ঈথক-ঈপোম অদুনা লৈরাইদা শোয়দনা য়েগনি, লৈরাই অদো শোয়দনা নীংখাই হায়বসে নঙগী মায়থোংনা তত্তনা হায়রি হায়দুনা রেবিকাদা থাজদবা অদো ফোংদোক্লি। মনীং-মমাঙ থৎপা ব্রাহৈশিং অদুদা রেবিকা লান্দনা লানবা তাগদৌরি।

খঙদবদি য়ারোই মখোয় অনিগী নোংমগী ঙাঙন-শক্লবা খৎনবা কয়া অদু ইমুং মনুংদগী হেন্দোক্লনা লৈকাই লানখিবা মশানা তাবনি, ফনা কন্না মখোয় অনিনা লৈকাই তাখিদ্রা কিনা-কিনা ঙাঙনবা ময়াম অদো ইমুংগী অহোবা থোঙনাও, সাদংখাদা নাম্বোকখিবা ব্রাহৈশিং অদো লৈকাইনা ঙাঙনবা হৌরকই। রেবিকাগী নুপানা রেবিকাবু থাজদবগী ঙাঙলিবা ব্রাহৈশিং অদো রেবিকাবু নুংশিবদগী রেবিকাগী হৌরকফম থিজিল্লিবরা নত্রগা রেবিকাবু পাম্লক্তবদগী রেবিকাগী অশোয়বা থিরগা রেবিকাবু মরাল পীরগা কায়নগে খল্লিবরা অসিনি? অতাবা মীশিংনা ঙাঙনরিবা। হান্নদি রেবিকাসু করিসু হায়রমদবনি, লুনা চান্না তৌবীদুনা নুংশিননা লৈরম্বনি অদুবু ঙসিদি শান্তি লৈতবা ইমুং অমগুম নুংতিগী ইরাং লাংবা খৎনবগী ঙাঙনবা ব্রা য়াম্না তারকই। মকু মনেম্নসু ফনা য়াম্না খৎনদনবা হায় মচানুপানা লৌদে মসিনি লুরিবা।

রেবিকা থবক শুফম নোমফম খঙলমদে মচি খৃদিং তৃমিন-তৃমিন অহৌবা উয়ুং পাম্বীগুম। থাঙ্গৈশেংনা পামদে, মোৎ চান্নদে লিচৎ লাল্লি হায়না খৎনা-চৈনরগা খরা ফুরগা কায়নবা অদুনা খরদি ফরমগনি। ব্রাহৈনা ওৎপা, ব্রাহৈনা মী নৈবসে মসিনা হেন্না থাঙবা ব্রায় হায়নৈ। রেবিকাগী নুপা রামেশ হান্নদি অসুম্না তৌরমদবনি হন্দক মরক্তি রামেশকী ব্রাখল খরা অহোঙবা লৈবগুম ঁউরকই। লৈকাইগী

মীনসু রামেশপু চিংনবা হৌরকই। লৈকাইগী মী ফাওবা অসুক য়াম্না চিংনরক্লবদি রেবিকাগী থম্মোয়নদি করি খলমগনি। রেবিকাসু মাগী নুপাদা ফনা য়াম্না হায়জৈ, ঐবু পামদ্রে হায়বা ঐসু খঙই, নঙনা অতোপ্পা নুপী অমা পৃসিন্নীংবগী ৱাঙাং অমা য়াওরি নঙনা হেক-হেক হায়বদুদা। ঐবু পামবিদ্রগসু ঐগী ইরাল সীননবা ঐগী হৌরকফম ঐগী অশোয়বা খোঙথাং য়েংশিনবসিদি ঐ খরা পেন্দে, মীনা তারগা করিনো ঐগী ফজফম অসিবো? ঐগীদা নত্তে, নঙগীসু ফজদবসি শরুক থুংগনি। অসুম্না রেবিকানা হায়জৈ ইতৎ-তম্ভনা অদুবু রামেশনা মাগী নুপীনা ঙাঙলিবা অদো ইরৌ লৌদে। রামেশনা তম্ভনা হংলি অসুম্না-করিগীনো অদুক নক্লনা নুংশিনবা লৈরগা করিগী লুহোংদ্রিবনো? চহি অমা অনিতসু নত্তবা? হেক অঙাং ওইরিঙৈদগী নুংশিনরকপা অদুগীসু মথক্তা লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবা অয়ুক্কী নুংথিলগী লোয়নরকপা মসিদবু নঙনা লোন্না লুহোংলক্তে হায়বা ঐ নঙবু সুকথা থাজদে। অসিগুম্বা নুপীশিংদা খ্বাইদগী শোকপা ৱাহৈশিং অসি ইতৎ-তম্ভনা রেবিকাদা তাহল্লিবা। রেবিকানা ফনা শেংনা হায়জৈ থম্মোয়দা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা, অসুম্না হোই ঐ মাগা নুংশিনরক্তে হায়বদি য়ারোই চহি কয়া নুংশিনরকই অদুবু অরানবা থবক অমত্তা চৎখিবা লৈখিদে, থম্মোয় শেংনা নুংশিনরকপনি। অসুম্না কয়ারক খুম্মি, থাজবগী মহুত্তা হেন্না চিংনরকই। রামেশকী হায়জিনবা শেম-শাজিনবা ৱাহৈ কয়া মাগী নুপীদা হায়রকই, হংলকই অসুম্না, নোংমা নঙনা লুহোংবা কুইদ্রিঙৈদা নঙনা নপামদা চৎপদা পুন্সিবগা উনদবরা? উনবা নুমিৎ অদুদা ৱাশক কোকপীরো হায়না বোর নিনখিবা? অসিগুম্বা রামেশকী হায়জিনবা ৱাহৈশিং অসিদা রেবিকা খুমফম খঙখিগদ্রা? মীৎমক্না উহৌবদৌনা সং-সংনা হায়রকপা ৱাহৈ য়াওবসি রেবীকা তু, খ্যাও-খ্যাও চুংদবদি নত্তে।

রামেশনা হান্নবু হায়না রেবিকাদা হায়রিবদি লৈশাবী ওইনা

মাগা লুহোংখি হায়য়ু অসিনি। অসিগুম্বা ব্রাহৈশিং অসিবু তসেংনা নুপা অমদা চেল্লুরবসু ঐ মৌনি নুপানা চেল্লুরে হায়না নুপী মশানা লুহোংলিবা নুপা অদুদবু তসেংনা ঐ মৌনি মীনা চেল্লুরে হায়না নুপী মশানা হায়জবসিবু য়াওবরনে? রামেশনা ইতৎ-তত্তনা রেবিকাদা হায়রি -থাজদে নুপী হায়বা নখোয়সে, থম্মোয় য়াম্না কলবীনি, মহাভারত্ত কর্ণনা মমাদা হায়খিবা ব্রাহৈশিং অদো অচুম্বনি নুপীগী থম্মোয়দি লৈনাদগীসু হেন্না থোৎলি অদুবু নূঙদগীসু হেন্না কল্লমদুনা থাজবা কয়া মাঙহল্লি হায়বদো তসেংনা নখোয় নুপীদা শক্লোল কয়া অমা পুরি। অসুম্না ব্রর্জদগী হেন্না কনবা ব্রাহৈ কয়া অমা য়াওরি রামেশনা মাগী নুপীদা হংলিবা। রেবিকা করি হায়না খুমগদবনো খঙদ্রে? ইমুং মনুং অমদি লৈকাইগী মীনা করম্না ব্রায়েনগনি। মখোয় অনিনা খৎনরিবা ঙাঙনরিবা ব্রাহৈদুদা। তৌফম খঙদে ইমুং মনুংগী মীসু, তূমিন-তূমিন তাদবা শাদুনা লৈনবা নত্তনা। মসিমক্লা রামেশতি পাখঙ ওইরত্তবরা? লৈশাবী কয়া লোয়নরত্তবরা? মাগীসু নুংশিনরম্বী লৈশাবী লৈরম্মী, রামেশমক্লা লমচৎ ফজরত্তবনা মশানা মশাবু থাজরত্তবনা অরানবা লমচৎ চৎখিবনা মীবুসু থাজদবা ওইরম্বা য়াই? হায়বা য়াবা হায়রম্মী, নঙ নশানা লমচৎ লান্না লমচৎ কয়া চৎলমগনি, অদুনা মরম ওইরগা ঐবুসু নঙনা থাজদবনি হায়না রেবিকাসু হায়বা য়াবা হায়রক্লে। নখোয় নুপা হায়বসে ঙমই হায়বা মতৌগুম নুপী ঐখোয়বু অসুক হম্থনা য়েংলিবসে নুপীসু মীনি, নুপী য়াওদনা তাইবং পানবা অমা হায়বা য়ারোই। নুপানা মরুখক হুনবনি, হৌননবা অমদি হিংননবা হোৎনবদি নুপী ঐখোয়ননি হায়বসে নুপা নখোয়সু খরা খংফম থোকই। নখোয় নুপানা নুপী লোনবা নুপী কোয়বা ওত্তবনা নুপানি হেক মহায়বা। নুপী ঐখোয়না তৌরগনা লৈখা তানা চিংথবীবা ঙসিগী সমাজসিগী নুপা নখোয়গী মীৎয়েংসে তসেংননা য়েংবীদবদি ফৈ। অদুগা ঐবু ইরাল কয়া পীশিল্লগা ইপাম চৎলু হেক

মহায়বা চৎননবা অকনবা ব্রাহে কয়া হায়রকপা অসিমদি হায়বীদবা ফৈ, নুপী ঐখোয়সিবু নুপা নখোয়না পুনীংবা মতমদা পুবা, হুন্দোক্লীংবা মতমদা হেক্তা হুন্দোকপা, পামলিমখৈ নওগী নুপীনি হায়বা, পামুক্তগনা ঐগী নুপী নত্তে চৎলু হেক মহায়বা, মসিবু হেক্তা ময়াবরা? নুপী ঐখোয়না লৈশাদুনা ইপামদা লৈরিঙৈ মতমদা ইয়ূম ওইরম্মী, নুপী ঐখোয়না নুপা অমদা হেক চেল্লকপা, লুহোংলকপা মতমদা নুপা ময়ুমদো ঐগীসু ইয়ূমনি, কনা অমত্তনা নুপী ঐখোয়গী ইয়ূম নত্তে হায়বা য়ারোই, অদুগা লৈহৌরিবা ইপামগী য়ূম অদুনা খোঙ থাংদোরকখিবা নুমিৎ অদুদগী অতোপ্পা শাগৈ অমগী ওইখ্রবনি। অসুম্না রেবিকা শাউনা শাউনা ব্রা কয়া ঙাওলমই। ফরগা য়াম্না ফবী নুপীনি রেবিকা, মব্রা মপুরোইবগী চীলথক্তা ব্রা খুমদবনি অদুবু ঙসিদি রেবিকা শাউবনা হেনমলখিবনা হায়ফম থোকপা ব্রা কয়া হায়রকই। রেবিকা মশাগী থম্মোয়না মশা মথন্তা ফিরেপ অমা লৌজে। নুপানা চৎলু পামদ্রে হায়বদি চৎলোই নুপানা ফুদুনা শিরবসু মফমসিদা শিগনি অদুবু ঐ ইশানা পামলত্তবদি ঙসিমক ওইরবসু ইপামদা চৎকনি হায়না মশানা মশাগী ফিরেপ অমা লৌজরে। ঈংজ-তপচবী রেবিকা নোংমদসু ফনা য়াম্না শাউরবসু ব্রাহে অকনবা অমত্তা মপুরোইবগী চীলথক্তা খুমদবনি, ঙাওদবীনি অদুবু ঙসিদি মপুরোইবগী ব্রাঙাং মীচৈ হেনমলবদগী রেবিকা খরা ঙাং-শকখরে। পীক্লিবা মচা নুপা চহি অনিমুক্তা ঙায়রিবা অঙাং অদু মনঙ্গলদা পোখৎলি। মচানুপী অহন চহি মঙামুক শুরবী মচানুপী অদুনা মখূৎনা খূদাং পায়রগা মপাম চৎননবা থোরকই অসুম্না হায়রম্লগা নওগী নীংবা থুংনবগীদমক নওনা পামবীদ্রবা ঐসে ঙসিদি চৎলগে নওনা নুংঙাইনা হিংহৌনবগীদমক্তা। অসুম্না হায়রম্লগা য়ূম অদুগী মাঙ্গোল ডারি কূমলকই। পীক্লিবা ইচাশিং অসে থম্নম্বা ঙম্লোই ঐ মখোয়গী মমানি। চাউননবা য়োক্লক্কনি হয়েং চাউরগা নওগী ওইজৌ চাক-থাকমল করি অমত্তা

হায়রক্লোই, ঐ মখোয়গী মমানি অসুম হায়না থোরকপনা শুমাংঙ মতোন য়ৌখরে। ঙশাই মখৈ রেবিকানা মপামদা হনবা ঙাইদুনা লৈরম্বগুম খঙহৌদনা লাক্লি নোংলৈ-নুংশিৎ, খাক্লি অঙকপা অকিবা মতৌগুম। লম্বী মশক উখিদরে। য়াম্না থেঙলুবা মতমসু নত্তে নুমিদাংগী পূং তরেৎমুক্তা তারিবা মতমনি। খাকপা লাঙবা তোক্তে। নোং খাকপগী মঙালনা লম্বী মশক তাক্লি। পৃক্লিং ইনৌ নৌরিবা রেবিকাগী থম্মোয় হায়ফম খঙলক্তরে পৃক্লিং নুংশিনা কপ্লক্লে অশাউবগী মৈরীলক্তা শিন্থরক্লিবা মীৎকী পী ফাইরেলগী নোংনা মালেমদা কিন্থগদৌবগী ঙাইদুনা লৈরি পুবা ঙমদবা মতৌগুম। রেবিকা অপিকপা মচা অনি অদুগা থৱায় ৱাদবা ঙম্লক্তে। অনকপা মপামসু নত্তে। খোঙনা চৎপা য়াবা মফম নত্তে গাড়ী তোংবা তাবনি। ফনা শাংবা লম্বীনি, রেবিকানা থোরক্লিবা লম্বী। ঙসিদি য়াম্না তেনবগুম খঙহৌদে নেসনেল হায়ৱে য়ৌরক্লে। নোংসু তানজা অদুমক্তদা কন্না চুথরক্লি অঙকপা ফংনা। রেবিকা অপিকপা মচা নংগন্দা পোরিবদু ফিনা মকোক খুমজল্লি। মচানুপী অদুনা পমই, চেজেৎনা কোনশিন্দুনা ঙাইহাক নোং তাংননবা মফম থিবা হৌরকই অমম্বা মরক অদুদা। নোংনসু রেবিকাগী মতৌ অদো য়েংবা ঙমদ্রমান্নে। নোংথাংনা মফম তাক্লগে হায়বা মতৌগুম নোংখাক্লকই অঙানবা মঙান পৃদুনা। রেবিকাসু সরক্কী চিদাইদা লৈরিবা ৱাইটিং সেট অদু উরকই। সঙ অদুদা চঙশিন্দুনা নোং তাংই, ঙশাইমখৈ নংগন্দা তৃমলম্বা মচা অদু নোংনা চোৎপদগী ঈংলক্তুনা তৃম্বা হৌরকই। রেবিকা অচোৎপা ফিশিং অদু সুমদোকই। নোংনা চোত্তবা ফি অমত্তা য়াওদ্রে রেবিকাগী মশাদা। অচোৎপা ফিশিং অদু সুমদোক্লগা মচাশিংগী মকোক মরু তৈথোকপী। খরা চাওবা মচা নুপীদুদি মমাদা হংলকই। ইমা, ঐখোয়না চৎলিবসিবু কদায়দনো? ঐদি ঈংসু য়াম্না ঈংলে। চাকসু লামলে। তৌবগীদি করিগী চাকসু লাম্লোই ঙশাই অয়ুক্তসু খৎন-চৈনরিঙৈদা চাক নিংথীনা চানখিদ্রবনি।

নুমিৎদাংগীসু চাক চারকখিদ্রবনি খৎনরিঙৈদা। মচাগী ব্রাদো তাবদা মমা পী তারকই। মমানা মচাদা হায়রকই ইমাগী ইবেম্মা হোরেল য়ূম য়ৌরগা চারসি। বোবোক্লা ইচাগী চাক খাক্লমগনি। মচানুপীনা খুম্লকই -অসুক থেঙলবা অহিংসিদা ঐখোয়বু করম্না চৎতোইনো ইমা? বোবোকহোইগী য়ূমসু য়াম্না লাপ্পী। মমানা মচাবু থেম্না খুম্লকই। গাড়ি অরাকপা অমদা হেক্তা খাম্লগা য়াওখিসি ঐখোয় লমখাইদুবু য়ৌরবদি খোঙনা চৎলবসু ঙাইহাক্তনি। হায়রিঙৈ তাঞ্জাদুমক্তদা গাড়ি অমা লাকই, লাপ্না মঙাল অমা নোং মরক অদুদা উরকই, নোংসু তাবা লেপতে। খাকপা লাউবা মরক মরক্তা অদুম তারি। লাক্লিবা গাড়ি অদু মখারোমদা চেনবা গাড়িনি। সুগুনু বস গাড়িনি। রেবিকা গাড়ি লাক্লিবা অদু তোংহৌদ্রগদি মহাক ব্রাবা তারে হায়দুনা গাড়ি অদু খাম্লনবা শেম শারি। মতমনদি থেঙলক্লক্লবনিনা অমসুং গাড়ি কামফম মফমসু নত্তবনিনা রেবিকা ব্রাখল তৌরকই। শোরোক ময়ায়সিদা হেক্তা লেপ্লগা খাম্লগে, গাড়িনা তক্লগা শিরবসু ইমা ইচা পূন্না শিরসনু হায়না পূক্লিংদা খল্লক্লে। করিগীসু খল্লক্লোই, মপুরোইবনা ইন্থোকপীরক্লবী নুপী অমনা অমুক হিংবা পামলুখিগদ্রা? লাক্লিবা বস অদু খামই, রেবিকানা সোরোক ময়ায়দা থত্তুনা মচা অদুগা। গাড়ি দ্রাইভর অদু নোং কন্না তাবনিনা লাপ্পীঙৈদা উদে। নকশন্না তক্কে তৌবমখৈ খামই। দ্রাইভর শ্বাই লাউই, শাউনা লাউরকই করি নুপীনো অঙাওবীরনহে? গাড়ি হেক খাম্বগা রেবিকা গাড়ি থোঙদা কাখৎলক্লবা মচানুপীদুবু থাংগৎলি। গাড়ি হেন্দমেন্না ঙাংলকই-করি নুপীনো অঙাওবীরা খঙদেনে গাড়ি খাম্ববু সোরোক ময়াইদা হেক্তা থৎলম্মী ব্রানি। গাড়িনা তক্লবদি শি হায়বসে খঙদমান্নে। নোংনা ইচোৎ চোৎপমখৈ গাড়ি কাখৎলকপা অদুদা গাড়ি মনুংদা তোংলিবা মীশিং অদুনা য়েংলকই। হেন্দমেন্না ঙাঙলিবা অদু রেবিকা করিসু খুমদে। গাড়ি মনুংদগী মী খরনা হায়রকই -থেঙলবা মতমনিনা গাড়ি খাম্মু

য়াররোই হায়দুনা তৌরিবনি শাউরুনু অঙাং মচা অনি অসিগা নোংনসু লোয়না চোৎলে। অসুম্না গাড়ি মনুংদা ঙাংনরকপদগী গাড়ি হেন্দমেন অদু শাওবা ফবগুম ঙাঙবা তোকখরে, গাড়ি ভরা পীয়ু হায়রক্লে। রেবিকা গাড়ি ভারা হায়রকপদা খুমদে মরমদি রেবিকানা চৎলিববদু ময়ুমদগী শেম-শারগা থোরকখিবদি নত্তবনিনা গাড়ি ভরা য়াওরকহৌদ্রে। হেন্দমেন্না অমুকসু হায়রকই গাড়ি ভারা পীরো কদায় য়ৌদৌনো ? রেবিকানা নিংথিনা ফজনা হায়রকই, ইবুংঙো ঐ গাড়ি ভারা য়াওরকহৌদ্রে শাওরনু তঞ্জা অমা চাদদুনা তৌবনি। হেন্দমেন্না শাওনা হায়রকই-গাড়ি ভরা য়াওদনা গাড়ি তোংলিবা? য়ারোই গাড়ি ভারা পীয়ু, অরেম্বা নত্তে থাউসে পৈশানি, পৈশানা চেল্লিবনি। অসুম্না ঙাইহাক ঙাঙনবা অদু গাড়ি মনুংদা তোংলিবা ইম্ফালদা লাইরিক ফোঙবা য়াওরুবা হল্লকপা সীত্তা ফম্নগা উইরগা হল্লকপা পুন্সিবা মমীৎ খঙশিং শিংলকই ঙাঙলক্লিবা রেবিকাগী খোঞ্জেল হেক তাবদা, মুন্না য়েংই গাড়ি মনুংগী অমম্বা মরক অদুদা মঙাল মচা অমা লৈবদু রেবিকাগী শক্তম উবা ফংলকই। রেবিকানি হায়বা খঙলকপদা পুন্সিবা শ্বাই লাউই, হেন্দমেন্না গাড়ি ভারাগী ঙাঙলিবা অমসুং গাড়ি ভারা পীদবা য়ারোই হায়না ঙাঙনরিবা অদুগী মরক্তা পুন্সিবনা হায়রকই। ইবুংঙো ভারা খোম্বা মাগী গাড়ি ভারা সিদা লৈরে ঐ পীরগে হায়না কৌশিল্লি, হেন্দমেন ভারা পীগে হায়রক্লীবা নুপাদুদগী ভারা লৌই। রেবিকানা য়েংথোরকই, কনানো ঐগী গাড়ি ভারা পীবিগে হায়রিবা থৌনা ফনা চোংথোরক্লিবা নুপাসে। উরকই বস মনুংগী অপিকপা মঙাল মরক অদুদা পুন্সিবগী মায়থোং। মফম মরাং ইথং খঙহৌদবামখৈ রেবিকা পী তারকই, পুক্রিং হায়ফম খঙদনা নৌরকই। ফোংনা কপসি কদায়? লোন্না কপসি কদায়? থিংবা ঙমদ্রবা মীৎকী পী করম্না লোৎকনি, রেবিকাগী মায়থোং।

## ৫ শুবা শরুক

চহি অনিমুক হায়রক্কদৌরে রেবিকানা মপামদা হল্লক্লুনা লৈবা। রেবিকাগী নুপা রামেশ রেবিকানা হেক মপামদা চৎখিবা থা অহুম্মুক লৈরগা নুপী অমা পুরক্লুনা লুহোংখ্রে। রেবিকাগী মচা অনি অদু নোংমা লৌবা লাকই অদুবু রেবিকানা পীখিদে।

রেবিকা মাগী নুপা রামেশপু খরা ৱারৌই, মরম কয়া অমদি লৈ। মরম কয়া অদুগী মরক্তা অমতং হায়নীংই, রেবিকাবু বদনাম পীরকখিবা, লৈকাই য়ুমলোন্নবদা নুংশিনবা লৈরম্মী, রেবিকানা মপামদা চৎপদা অহিং লেপ্লকপা য়াওখি মরম অদুনা রেবিকাবু থাজদে অসিগুম্বা কয়া হায়জিন্দুনা রেবিকাবু মরাল কয়া পীখিবা অসিনি রেবিকানা চাক্লিবা মৈচাকসে।

নুপীশিংগী খ্বাইদগী লাইমল ওইবা থৌদোক্তী নুপানা নুপী অতোপ্পা অমা থিরকপনি, নুপানা নুপী কোয়রে নত্রগা অতোপ্পা নুপী অমা পুরকপদা হান্না লৈরম্বা নুপী অদুনা হরাওরমগদ্রা? তাইবঙদা থোক্লরোইদবা ৱানি। নুপীনা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা থম্মোয় শোকপা মৈচাকতি নুপানা নুপী পুশিল্লকপনি। অসুক ইকাইবা, অসুক ৱাবা, অসুক শাউনীংবা, অসুক থম্মোয় শোকপা অসিদগী হেনবা অতৈ অমা লৈতে নুপীগী অৱাবা। হেক অপোকপা ইমা ইপা কায়নবা ফাওবা অসুক ৱাদে। অসিনা মরম ওইরগা নুপীশিংদা লায়না কয়া পোক্লকই কনবা ঙমদবা ৱাখলগী লায়না অমসুং ঈগী লায়না, ফন্তবা লাইনা (ব্রেষ্ট কেন্সর) কয়া ওল্লকই। নুপানা নুপী কোয়বা, নুপী থিরকপবুদি করিসু হায়নদবা, নুপানি খন্দোকপা। অদুগা নুপীনা তৌরগনা নিংথি নুংঙাইনা হায়নবীদবা? ঙাঙনবীবা অসিনি তাইবঙগী লিচৎ। মসিদনি নুপীশিংনা য়াম্না শাউরিবসে? রেবিকা অসুম্না খন্ন-

খন্না য়ূমগী থবক ইনখাং লোইশিল্লি। তারক্লিবা মীৎকী পী অদুসু লোৎশিন্নবা হোৎনরি।

রেবিকা মপামলোমদসু অৱাবনি, নিংঙোলনা হল্লক্লগা লৈবা হায়রেদনা? অৱাবগী মথক্তা অৱাবনি, শিরসিরা হায়না খলবা ৱাখল কয়া অমা য়াওখ্রবনি অদুবু পীক্লিবা মচা অনি অদুনা মরম ওইরগা রেবিকা হিংবা ঙমলি। অসুম্না খল্লিঙৈ সুনোলতা রেবিকাগী মনাক্তা চঙলকই অদুগা কৌরকই -রেবিকা, রেবিকা! রেবিকা ৱাখল অমদা ঊংদুনা লৈরুবনা অমুক অনিরক কৌরকপদো তারমদে, অদুবু অহুমলক কৌরকপদা তারকই, তপ্না য়েংথোরকই, সুনোলতা ওইরম্বা অদুদা চীনবান্দা মোমোন নোক্লগা খুম্লকই "হায়মা সুনো, লাউ-ও" সুনোলতা খঙই, রেবিকাসে কপ্লম্বা মাল্লি? মমায় মমীৎ ইপোম পোমই, অদুবু চীনবান্নদি মোমোন নোক্লি, তপ্না হংলকই "রেবিকা কৈদৌরে নমায় নমীৎ ইপোম পোম্না কপ্লমলিবা অদুনা?" সুনোলতাগী ৱাহং অদুদা রেবিকা থম্মোয় পুবা ঙম্লক্তে, হেন্না পুক্লিং নুংসিরকই। ৱাখলনা মায়হিং কারবা খজাইদুগী পীদাফম অদু পিনা চোন্না চেম্থ রকই মদু উবদা সুনোলতা রেবিকাগুম কপ্লকই, থম্মোয় শেংনা অচেৎপা তিন্নরকপা মতানি, অরৈ-লৈত, অফ-ফত্তা তান্নদুনা তিন্নরকপা লৈকাই মমান্নবীনি। নুপীশিংগী অৱাবদি নুপীশিংদনা খঙই হায়বা তসেংননা চুম্মী অমগী অৱাবা অমদা ফাওনৈ। সুনোলতানা মখা তারকই "নুপীদুবু অঙাং য়াওরে হায়বরো?" রেবিকানা "অঙাংদি অমা পোক্লে হায়" সুনোলতানা "নঙগী পাপ্ মাসু নোংমদি শোয়দনা ফংলকখিনি, মরাল ইরৈ লৈতনা মীবু মরাল হেক্তা শিবা, অদুক চাউবা মরালদুবু মী অমদা হেক্তা সীবসিদি মখোয়সু হেনমল্লি" রেবিকানা "ঐসু ঐগী ইরাল ফংলিবনি, ঐ কনাবুসু ৱারৌরোই। ৱারৌগে হায়নসু খন্দ্রে। ঐনা কনাগুম্বা অমদা য়াম্না লায়না মরাল পীরম্লগা অতোপ্পা নুপা মপূকচেল খঙদ্রিবা অমদা হেক্তা লুহোংবা

য়ারুবা ঐগীসু ইরাল লৈ। থম্মোয় থম্মোয় খঙনরবা পীক্লিঙৈদে, অদুবু লৈকাইনি লৈপুল ওইবা ফত্তে হায়দুনা নুংশিববু লাইনা খল্লুবা অদুনা ঐ ঙসি মৈচাকসে ফংলিবনি।" সুনোলতানা মখা তারকই "অদুনা মরম ওইরগা পুন্সিবা ঙসিফাওবা নুপী থিররোই হায়রিবনি, মতম অদুদা দা পুন্সিবনা ঙাওখিবদো তসেংননা য়েংবা ঙমখিদবনি, মপুন্সিদা অমুক্তা থকখিদবা য়ু নুমিত্তুদা থকখিবনি। য়াইফরবা পুংফম নঙগী পুন্সি লৈপুনগীদমক লোয়নরকখিবা বেন্ সাইদ্রাম কারনেটকী নুংশিবা সুর, লৈ কোয়বগী যন্ত্রা নুংশিরবা মিউজিকশিং অদুগী মরক্তা দা পুন্সিবগী মীৎকী পিতা নত্তনা কায়রবা থম্মোয়গী তেংথাখোলসু য়াওখিবনি" রেবিকানা তপ্না হায়রকই "য়ারে সুনোলতা মখা তারক্লগনু পূন্নমক মিনম্বা ঙাক্তা ওইরক্লে। ৱারীশিং অদুনা ঐগী পুন্সি লম্বী তেন্নবা মরম অমা ওইহল্লি।"

নিংঙোলনা মপামদা হল্লক্তুনা লৈবা হায়বসে ফজফম ইঁরে লৈতে। হান্না লৈশারিঙৈদা লৈবগা ইখেন খেন্নে। হঙ্গোইবা হৈনদবা কয়া পোক্লকই। ইমা ইপাগী কা চঙবা ফাওবা কোইরকই। অদুগা অতোপ্পা নিংঙোল অমনা যূমসিদা মপু ওই, মাসু মপাম চৎপদা হান্নগুম তৌরম্লোই ইকোই কোইরমগনি। মাগী মপামদুসু অতোপ্পা নিংঙোল অমনা মৌ ওইরমগনি। খল্লুরগদি নিংঙোল ঐখোয়সে নুংশিনফম য়াম্না থোকই। মসিমক্লসু নুপাশিংনা নুপীশিংবু লায়না লৌরিবনি।

রেবিকা মীনা ঙাঙনবা হৌরকই, মৌ নহা অমনা খাইনদুনা হল্লকপা মপামদা লৈবা হায়বসিবু সমাজগী মীনোক চঙলকই। নুপা নহাগী লক্লফম ওইরকই। ইচম চমজবা কয়া অমসু লান্না উদবা নত্তে, মীনা ঙাঙনৈ রেবিকাসে কেরে, লৈশাবী শারে, পীশুম ফোইরে, হান্নগা মান্নদ্রে। মৌ ওইরুবগী মচা অনি শুজবগী ৱানি, চহিদি কুনগা তরুক-তরেৎতা শুরক্লিবা রেবিকানি, মশকসু ফজবদা শিংথাবা

য়াওজবীনি। খঙদবা কনাগুম্বা নুপা অমনদি রেবিকাসে লৈশাবী ওইরবোই নীংদুনা নুংশিজদুনা ঐনা খরা নুংশি হায়রকই হায়না হায়বিয়ু হায়না পাউ থারক্তবা নত্তে। মীৎনা হেক উরুবা নুপা নুপী অমবু থম্মোয়দা থুক লাওবা ফাউনদুনা শক খঙনদ্রিঁঙৈ নুংশিবনা হানবা কয়া অমা লৈরিবনি। রেবিকা হৌজিক ফজফম ইঁরে লৈতবা মতমনি। সুনোলতানা হায়রকই "খঙদ্রে রেবিকা নঙগী ননাক্তা লাকই পোত্থাফম খঙদে। ঐগী ইথৌনা লুবনা মীগী অৱাবা মতেং পাংনবা ঙমদে, ঙাইহাক উনরগা হংনবসি নত্তনা।" রেবিকানা মখা অমুক তারকই "সুনো নঙগী লুহোংবদো কুইরম্লরোই, লাক্লিবা ফাইরেল অসিদা ওইরিনি। দা নোংদম্বাসু ডাক্তরদগী লাকখ্রে হায়দাই, ঐদি নোংমতা হংলুবা ঙমদ্রি" সুনোলতানা "দা নোংদম্বগী অহলশিংনা তত্তনা ইমাদা হায়রে, ইচাশিংসিগী মপৃকচেল খঙদবনা ৱাখল লান্না খল্লুরে লুহোংবসি ইচা নোংদম্বগা ওইহল্লু হায়না" রেবিকানা ৱা মরক থৎনা হংলকই "নঙনবু করি খল্লিবগে?" সুনোলতানা তপ্না খুম্লকই "ঐনা খুমগদবসে করিনো? ঐ হায়ফম অমত্তা খঙদে" রেবিকানা মখা তানা হংলকই "ইমানদি করি হায়?" সুনোলতানা হায়রকই "ইমাদি লুহোংবা কায়বা য়ারোই মখোয় মপাগী লিচৎ পামদে হায়না তত্তনা ঐঙোন্দা ঙাঙলিবনি। থীনা ঙাঙলুরে শোইনাইরবা দা নোংদম্বগী পুন্সি অদুদা করি অমুক খলগনি? লুহোংগদবা মতম লেপখিবদি থা অনিতা ঙায়রে। ইনে অমসুং ইমাগী চক্রি অদুদা নত্তনা ঐসু মতম খরদি দা নোংদম্ববু ৱারৌখি। লাইঁরে নংই, লুখ্রাবী মচানি হায়বগী মতিক ইমা ইচা ঐখোয়বু কয়াদা হন্থনা য়েংবিখিবা। অদুবু দা নোংদম্বাগী থম্মোয়না ঐবু নুংশিরম্লোই হায়বদি ঐ কয়া থাজদবনি। অদুবু হৌজিক্তি দা নোংদম্বসু মীগা মীমান্নদ্রবনিনা মসিদা ঐনা মাবু হেক থাদোক্তুনা লুহোংখিবা হায়বসে ঐবু মীনা করি অমুক হায়গনি। লুহোংবা হায়দোকলুরে নুপা অদুনা করি ওইগনি। ঐ

হৌজিক নূং অনিগী মরক্তা হা হায়বদো ওইরে। রেবিকানা খল্লগা হায় থম্মোয়-থম্মোয় মশক খঙনরগা নুংশিনজবা থুংনবসে মসিনদি য়ূম পানবদা চয়েৎনবদি ফগদ্রা খল্লি। অদুবু খঙদে মকোক্তা শম হৌবা মীগী থম্মোয়। সুনোলতানা ঐখোয় মমাঙচীংগী শিব মহাদেব খুরুম্বা লাক্কনি দা নোংদম্বাদো নহাল গাড়ি এক্সিদেন্ট তৌবদুগী থব্রায়মি কৌশিনবা ওইনা ঐবুসু খরা য়াওবীয়ু হায়রকই। রেবিকানা হায়রকই অদো নঙবু য়াওগে হায়না খল্লিবরা? সুনোলতানা য়াওরে কদায়? য়াওদ্রে কদায়? রেবিকানা য়াওবা করিসু কায়দেদা সুনোলতানা শিব মহাদেব ইপা ইবুংঙোগী মাঙদা ব্রাশকখিবা কয়াসু ঙাকপীয়ু হায়না নিজনীংমান্নে? রেবিকানদি ফাগী ওইনা হায়রকই ঐখোয় উচেক্কোনগী মহাদেবদি নিখিবা বোর অমুক হন্দোকপা য়াদে শাউই হায়বনি সুনোলতানা ফাগী অমুক ওক্লকই ঐখোয়গীদি অফবা শিব মহাদেবনি মখোয় অনিমুক নোকমিন্নৈ। রেবিকানা মখা তারকই নিংজ মহৈবুদি ফংলনি করিমন্তা ব্রারুরনু ইবেম্মা সুনোলতানা খুমলকই খঙদেদা, অশিবদা ব্রাইথুংবা হায়দো তারদরা? রেবিকানা মখা অতোপ্পা শমথরকই নঙবু লুহোংবা হায়দোকখিবা তারব্রা? সুনোলতা শকফম খঙহন হঞ্জ ল্লগা খুম্লকই মরান লৈতবা অমবু লুহোংবা হায়দোকপা হায়বসে মসিগী পাপ্না কনানা পুবীগনি? রেবিকানা অমুক মখা খুম্লকই নুপাদুগীসু অতোপ্পা নুংশিনজবী অমা লৈফম থোকই, নুপা অদো লুহোংগদৌরে হায়বসে তাবদা কায়না মৈশা মৈব্রাইবী কনাগুম্বী অমনা নীংবা থুংজবদা নত্তনা মাগীদমক লেপ্লম্বী অমনা কুন্দো পরেং হুকচখিবদা, নীংবা থুংজবী কনানা মঙ্গোল আর্শিবাদ শোয়দনা পীরক্কনি। সুনোলতানা পূক্লিং নুংশিনা হায়রকই নঙগী নফমদদি লোইনমক থোকখরে রেবিকানা মখা তারকই অনকপা অরাপ্পা খঙদে, হান্নদগী থম্মোয়-থম্মোয় মশক খঙনজবা থুংনজবনা ফৈ খল্লি। সুনোলতানা ব্রা মরক থৎলকই, রেবিকা নঙনা হায়রিবদো চুম্মী, হয়েং লৈমিন্নরবা

মতুংদা মোৎ চানরক্তবা হায়বসে য়ূম পানবা তশেংনা নুংঙাইরোই”
অসুম্না রেবিকা অমসুং সুনোলতা লৈকাই মমান্নবী ওইবদা নত্তনা অচেৎপা মতা ওইবনা পুন্সিগী থেংনরিবা অৱাবা নুংঙাইবা কয়া ৱারী শানরি। তৌবগীদি লুহোংদ্রিঙৈদা খনবা য়াবা খলহৌগদবনি। হয়েং লুহোংলবা মতুংদদি ৱাখল মান্নদ্রে হায়বসু য়াবা নত্তে, তৎনা-থানবা য়াদ্রবা মরি অমনা পুনখ্রবা মতম অদুদা করিবু কান্ননি লৈপুল হন্দোক্লদুনা? নুপানা খরা ফৈ হায়রগসু পুন্সিদা অয়েৎপা খরদি শোয়দনা লৈগনি।

## ৬ শুবা শরুক

চীংগী হেক মখোঙ থেল ওইনা লৈরিবা তমপাক লমদা লৈরিবা পাৎ মচা খরা অদুদা মফম অদুগী ঙা ফাবশিংনা খূত্তা ঈল্, লাং, লোংদ্রাই কয়া মা-মাগী হৈনবীদা ঙা ফানরি, নুমিদাং ৱাইরম মতম ওইরকপনা ময়ূম তম্না কানরকপা মতমনি। কৈথেল চৎপা লাংননবা হোবে-হোবে খোঙকাপ লাওন-লাওনা থাংনরক্লি। মখোঙদসু মচু মান্নদবা ফেনাৎ নাম্ম ওন্নবা অসম্বা তোংবা মখোঙশিং অদুনা পাত্তগী কারক্লগা চীংগী চীংখোঙ লম্বী মচা অদুদা পরেং কানরক্লি। নুমিৎ মাসু ময়ূম হনবা থেঙলে হায়বা মতৌগুম পরপ্-পরপ্ নোংচুপ্ চীংগী মরুমদা চঙখিগদবগী চৎলি, কনা অমত্তনা কৌবা তাবা য়েংলম্বা লৈতনা, মথৌদা পূক্লিং চঙদুনা। পাত্তা চাক্তরম্বা উচেকচা কয়াসু ময়ূম মাইকৈ তম্না পাইনরি মপাঙ্গল শোঞ্জবা উচেক মরক্তগী উচেক কয়া অমদি সঙ্গুলক্তা পাইমিন্নবা ঙমদনা নাইতোম তানা লাপ্না ইন্নরি। ঙাইখো হায়বা মতৌগুম লাপ্ন-লাপ্না খোংলি। নুমিৎ তারগা পাইরকপা অমম্বদা চাক্তাজবা হৈনজবা উচেকচা কয়া অমসু পাইরক্লি।

থম্বালঙাংবী মমা মচাসু নংহৌররোই হায়বা মতৌগুম নুমিদাংগী চানা-থক্লনবা পরপ্-পরপ্ হোৎনরি। থম্বালঙাংবী মচা সুনোলতা মখূত্তা সনাবুল অমা পায়রগা ঈশিং শোকপা থোরকই। মমাঙ চীংদগী চেন্থরকপা লোক মচা অদু তম্না চেন্থরক্লিবা ঈশিং অদু য়াম্না পীক্লে, মদুগী তোবর্বান্দা তপ্না কূমথরগা ঈশিং অদো শোক্লি। মতম অদুদা পুন্সিবনা কৌরকই, সুনোলতা, ঈশিং শোক্লম্লিবরা? সুনোলতানা খংপ্রেক খংনা য়েংথোরকই, পুন্সিবা ওইরম্বা অদুদা নোক্লকই, পুন্সিবনা "ঈশিং শোকপা চৎখি হায়বা অদুদা হেক্তা লাক্লবা" সুনোলতানা হংলকই "পুন্সিবা কদায় চৎলুবনো?" পুন্সিবনা খুম্লকই "মরুপ নোংদম্বা খোয়দা চৎলুবনি, নঙগা অমুক্তং উনরমদবা য়াদে হায়রকপা

অদুদা থিরক্লিবনি” সুনোলতানা হংলকই “নুংঙাইরিকো দা পুন্সিবা?” পুন্সিবনা খুম্লকই “ঐগী ওইনদি নুংঙাই হায়না খুম্লগে” সুনোলতানা অমুকসু হংলকই “যূমসিবু ইপান পাল্লরোইদ্রা?” পুন্সিবনা ৱারৌবা লৈবগুম খুম্লকই “ঐ যূম পাল্লরোইদা, অহৌবা ঈশৈদা তান কায়খ্রবা ঈশৈবু মখা অমুক ঈশৈ শকপা কিরে” সুনোলতাসু মাগী পাউখুমদো খল্লি রেবিকাবু ৱারৌবদগী হায়বনি হায়বা। মখা তারকই পুন্সিবনা “মানা মপামদা হল্লকপগী মরম ঐগীনি হায়, ঐনা মরম ওইরগা মহাক লাইবক থীরে, ঐনা যূম পান্দনা লৈরিবসিসু মঙোন্দা খৎনবা হৌবগুম তারমান্নে? অদুবু ঐদি মঙোন্দা তশেংনা লানখিদবনি অদুবু ঐদি যূমদি তসেংনা পাল্লরোই হংলক্লগদি অসিমদং হায়বীয়ু লৈকাইনি লৈরক অমত্তদা লৈমিন্নবনি থেংনবা য়াই নত্রগা লম্বীদা অদুবু কৌনবগী মহুত্তা লাপ্ল-লাপ্লা থৈনদুনা খোঙ থাংবা ফাওবা ঙমনদবা তু চুংবা ফাওনরিবা থম্মোয় ওইনরগসু তশেংনা মাগা কৌনবদি ঙমদ্রি, মসিদি মাসুনি, ঐতা নত্তে, মসিদা ঐগী ইরালনি হায়বদি খরা হেলমল্লি। সুনোলতানা তপ্না হায়রকই, খঙদেদা দা পুন্সিবা, ৱা মরক থৎনা পুন্সিবনা হায়রকই “নত্তে ঐনা লাক্লিবসে মীগী মপাউ পুরকপনি হয়েং লাই খুরুম্বা লাক্কনি, শেম শাবা লোইরম্মু লৌবা লাক্কনি হায়হৌবনি, ঐবু খরা পাউ পীবিয়ু হায়রকপদগী লাকচবনি।” সুনোলতা পূক্লিং নুংশিনা খুম্লকই “ঐ চৎলরোইদা” পুন্সিবনা থৱায় য়াওনা হায়রকপা অদুদা হায়রকপনি। সুনোলতানা ৱারৌবা ৱাহৈগুম্না হায়রকই মাগী লাই খুরুম্বা অদুবুদি য়াওনীংই অদুগা ঐনা মাগা তোয়না উনবা পামদরে। পুন্সিবনা অমুক হায়রকই “খুরুমগদবা লাইদি ঐখোয় মমাঙ চীং শিব মহাদেবনি, মানা গাড়ি এসিদেন্ট তৌখিবা মফম ওইবনিনা মহাক তশেংনা ইশ্বরদা করিগুম্বা খরা নিনীং মান্নে।” সুনোলতানা হায়রকই “ঐগী লুহোংবা কুইদ্রে হায়বা মহাক খঙলিবনি, লুহোংগদৌরবা নুপী অমনা অতোপ্পা নুপা অমগা তোয়না উনবা

হায়বসে নুপী ঐখোয়গীদি ফত্তবা অমনি।” পুন্সিবনা তপ্না খঙনীংনা হংলকই, “সুনোলতা লুহোংবসি অদুম হোংখিবা তারে?” সুনোলতানা খুম্লকই “লুহোংবদি দা নোংদম্বনা হাল্লি, মাগী লুহোংবা নুমিৎ অদুদা কন্যা চেনখ্রে হায়না বোর যাত্রা তৌগদৌবগী য়াইফরবা পূংফম য়েংলিঙৈ মিকুপ অদুদা পাউ তারকখিবা নত্তরা? ঐবুনা লুখ্রাবী মচা মমল লৈতবী উনা-শিংনাগুম হেক্রীংবা মতমদা হেকপা য়ানি হায়দুনা লুহোংবা কায়দনবা ঐবু লৌবা লাকখিবা নত্তরা মানা গাড়ি এসিদেন্ট তৌদুনা শোইনাইবা অমা ওইরিবসে। মা ঐ অসুক কুইনা নুংশিনবগীরা ঐনা অতোম্বী ওইগদৌরিবা?” পুন্সিবনা নোংদম্বা মরুপকী মীচং ওইনা হায়রকই মরুপ নোংদম্বদি তশেংননা নুপী অদুবু লুহোংবা পামখিদবনি। মপা নোংয়াইনা নমদুনা নুপী অদুবু চেলহনখিবনি। মপাগী ব্রাখলদদি মচা নুপা নোংদম্বসে নুপী অনি লোলহন্নীংবদৌনা তৌই, সুনোলতাবুসু লুহোংগনি চেল্লুচো তত্তনা হায়। নুপীশিংবু সান্ন পোৎকুম খলবগুম তৌই। নঙবুসু হায়নীংঙাই লৈতনা পাম্মী মমৌ ওইবা নোংয়াইনা।” সুনোলতানা ইকাই হঙ্গোইদনা হায়রকই “দা পুন্সিবা ঐ মাবু তশেংনা নুংশি, ঐ হায়ফম খঙদে। হৌখিবা মা ঐ ব্রারী কয়াদো পুন্নমক মিনম্বা ওইরদ্রা খল্লুবদা থম্মোয় অসে পুবা ঙমদে। দা পুন্সিবনা খঙলিবা অদুনি, ঐগী পুন্সিসে মাগী মফমদা কৎখ্রবনি কয়ারক হন্না। হৌখিবা মা-ঐ নুংশিনরকপগী ব্রারী।” অসুম্না ব্রারী লিরি হৌখিবা কয়াবু মথং-মথং।

## ৭ শুবা শরুক

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা পাউ তারকখি, রেবিকাগী মপুরোইবা শিখরে হায়বা পাউ অদুসু অতোপ্পা মীনা হায়রকপনি, রেবিকাবু নুংশিজবা লৈকাইগী নুপী অহল অমনা। তারিবা পাউ অদুসু শ্রাদ্ধ লোইরবা মতুংদা তারকপা পাউনি, রেবিকা মপুরোইবা শিরে হায়বা পাউ হেক তাবদা পিক্লিবা মচা অনিবু চেৎনা কোন্সল্লগা থম্মোয় শোক্না কপলি। মপা লৈতবা মচা হায়বদো ওইরেদো হায়না কপচৈ। অদুবু রেবিকানা ঙক্লিবদি নুপা শিরে খঙহল্লক্তবা মমা-মপা অদুনি, কয়াদা মপূকচেল ফত্তিবা? মচাশিংদি মপাগী সংস্কার অদুদি য়াওহনবা য়াইনা, ঐবুদি য়াওহন্নীংদ্রবসু, রেবিকা ঙাইহাক কপলুরবা মতুংদা থম্মোয়দা ব্রারৌবা পোক্লকই। ঐনা করি লানখিদুনা ঐবু নখোয়না অসুক লান্না লৌরিবা? ঐসু যূমদুদা মৌ ওইনা চহি কয়া লৈরম্লবনি, ঐগীসু যূমদুদা হক্ চাউনা লৈরিনা, অসুম্না রেবিকা পূক্লিংদা মওং-মওং খল্লি। হৌজিকপু ঐবু যূমদুদা চঙলুখিগদ্রা শ্রাদ্ধ লোইখ্রে, ঐনা অমুক চৎলুবগী হক্ লৈরিবরা? রেবিকা মথন্তা ব্রাহং কয়া হংজৈ পাউখুমসু মথন্তা পীজৈ, রেবিকা ঐগুম্না লাইবক থীরবী নুপী অমসু লৈহৌরি মদুনা কমদৌবা? অঙাং অমা লৈহৌরিবা অদুনা কনাদা? ঐগীসিনা কদোমদা? ইকু-ইনেমবোকশিং অদুনা ঙসিফাওবগী মনুংদা করি তৌরকখ্রবগে? নোংমতসু মশুশিংসিবু করম তৌরি হংলরবরা? অসুম খন্ন-খন্না হৌখি মতম কয়া-কয়া কনা অমত্তা ঙাইরম্বা তৌদনা।

মহৌশানা মীওইশিংদি খরা কাউগল্লি, তৌবগীদি অকাউবা হায়বসে লৈরমদ্রগদি মীওইবদি হিংবদা খরা ব্রারমগনি। রেবিকাগী থম্মোয়দা পুন্সিবগী নুংশি শকতমদি তত্তনা উরি, রেবিকাগী পুন্সিদসু

থোক্লরে। মতম অমদা নুংশিনরম্বা অদো ঙসিসু অদুম নুংশিরি,রেবিকাগী মতৌ অদু উবদা পুন্সিবনা রেবিকাবু নুংশিদবা ঙমদে, পিক্লিবা মচা অনি অদুগা হিংননবা হোৎনরিবা মতৌ, লৈকাই অমতদা লৈমিন্নবনিনা ব্রা ঙাঙনদ্রগসু শক্-শক্তি নুংতিগী অদুম উনরি। মীৎক-মীৎকা মীৎচান্নে, মীচান্নবা খুদিংমক করিগুম্বা অমা হায়নিংবগী মওংগুম উৎনরি। অদুবু রেবিকাদি মৌ ওইরুরে মচা অনি লৈরে অদুবু মপুরোইবনা ইন্থোকপীবদা নত্তনা মপুরোইবা অদুসু সংসারসিদগী বিদায় লৌখরে। লাইবক থীরে হায়বা খঙলক্লবা মতম অসিদা পুন্সিবনা রেবিকাবু হান্নগী মতৌগুম নুংশিরকপা অসিনি। রেবিকাসু হান্নদগী হেন্না পুন্সিববু নুংশিরকই, নোংমা রেবিকানা পুন্সিবদা হায়খি অসুন্না "দা পুন্সিবা ঐদি মৌ ওইরুবতনা নত্তনা ইচা অনি লৈরবনি অদুগা দা পুন্সিবনা পাখংনি। অদুনা মীনা করি হায়ননি ঐগীদি লাইবক ফবনি।" পুন্সিবনা তপ্না হায়রকই "নুংশিবদবু মৌ, লৈশাবী হায়বা অমমুক লৈরিবরা?" রেবিকানা হিক্রা কপ্লগা হায়রকই "মতম অমদা ঐনা নুংশিববু মীব্রানা হেন্দুনা নুংশিববু লায়না লৌখিবা অদুবু ঙসিদি ঐহাক মায়থীরে নহাক্কী নফমদা অদুবু নঙদি পাখংনি, ঐগী ব্রাখল থাদোকউ? ঐদি ওইজবা থিবা তারবনি, নঙবু নুংশি হায়দুনসু পাখং নঙোন্দা করম্না লৈগনি? নঙগী মিংচৎ থিহনবা ঐহাক অমুক পামদরে" অসুম হায়রগা হিক-হিক কপ্লকই। "ঐনা নঙবু তসেংনা নুংশি হায়বসে পুঙমদনা লৈরিবা পূক্নিংগী ব্রা খরা হায়রকই, মতম অমদা নুংশি খঙদবী থম্মোয় পান্দবী ওইজবা থিবী, অহেনবতবু থিবীনি হায়দুনা ঐবু ঙাঙনখিবদো ঙসিসু থম্মোয়দা খোঙ্থাং য়ৈনা লৈরিবনি। মতম অদুদসু নঙনা ঐবু ব্রারৌখি অদুবু ঐসু নিংঙম্লত্রুদুনা নঙগী ননাক্তা ঐগী ইরালসে অমুক্তা ঙাকপীয়ু হায়না হায়গে খন্না কয়ারক হন্না লাকখি ননাক তম্না। লাকখিবা অদুমক্তদা নহাক্না, নঙগী কাগী থোঙনাও অদু কন্না লোন্সিল্লম্লগা তূম্বা যাদনা ঐগীদমক মৈচাক

খাঙলম্বদো ঐ--- ঙসিসু--- নীংশিংলি।” কপ্ল-কপ্লা অমুকসু হায়রকই “থোঙনাওগী অহোবা অদুদা ঐহাক য়েংলগা অহিং চুপ্পা থোংনাও মপান্দুদা কপতুনা লৈখি। লাল্লুরবা ইরান্নিনা ঐ লাকই হায়বা খঙহনবা ঙমখিদরে নঙোন্দা, নুমিৎ অদুদা ঐগী থব্রায় য়াওদ্রবা ফোটো অদুবু নহাক্লা মুন্না য়েংলগা হায়খিবা ব্রাহৈশিং ঙসিসু নাকোং অসিদা ব্রজ তারকপগুম নাকোং শিংজা য়ৈরি। করিসু খঙজদবা ঐগী ফোটো অদুবু নহাক্লা কেন্দলগী মৈরি অদুদা তপ্ল-তপ্লা নখূৎ নিকপমখৈ মৈ চূখি। চাকপা লোইরবা তাঙ্গোই তারবা ঐগী ফোটোদো” অসুম হায়রগা রেবিকা হিক-হিক কপ্লকই ব্রা মখা তাবা ঙমদনা। পুন্সিবনা রেবিকাগী মতৌদুদা হায়রকই “ঐসু খঙই নহাক্লা ঐবু নুংশিদদুনা অতোপ্পা অমদা চৎখিবা নত্তে হায়বা? কল্লবা লৈকাইগী মীব্রা, ইমা বাবাগী অহকপা য়াথং, নুংশিবগী অকনবা লিচিং, পূম্নমকশিং অদুগী চৈনা নহাক্লা খল কয়া ওনখি থম্মোয়দা নদোম” রেবিকানা তপ্লা হায়রকই “ঐসে তসেংনা নুংসি খঙদবীনিকো? থম্মোয় পান্দবী ওইজবা থিবীনি হায়দুনা ঐবু অমুক্তদি থীনা হায়দুনা থম্মোয় পেন্না অমুক্তা চৈবীয়ু কৈদৌবগে?” পুন্সিবনা হায়রকই “হৌখিবা ব্রারীশিং অদুদা লালখিবদি ঐনি, নুংশিবদা মায়থীবা, পাঙদবা, নুপা থোকখিদবগীদমক ঐনা কুইনা মৈশা লাংহৌরিবনি পূম্নমকশিং অদুগী দন্দিনি, ঐবু নুপীনা হুন্দোক্লম্বা পাঙদবা হায়না ইমান্নবশিংনা হেক্-হেক্ লক্লরিবা?” রেবিকানা হাইফেৎ নোক্লিংনা হায়রকই “মদুদা নঙদি করি খুমখিবগে?” পুন্সিবনা নোক্লীংবা ব্রাহৈনা হায়রকই “নুংশিনবা লৈরগা কায়নবা হায়বা অসি মশক খঙহৌদ্রগদি হয়েং নুংশিবা কায়নবগী মৈচাক্তো খঙদ্রগদি নুংশিবা মশক খঙদে হায়। নখোয়সু মৈচাক্তো খঙনিংলগা কায়নরগা য়েঙহৌ। নিশানা ঙাওবদগীদি নুংশিবনা ঙাওবনা হেন্না নিশা পানবনি” অসুম্না রেবিকা অমসুং পুন্সিবা নুংশি মরী হেন্না চেৎশল্লকই রেবিকা অঙাং অনি লৈরে

হায়বগী ৱানি য়াম্না নৌরিবী লৈশাবী ওইনা লৈবা য়ারিবা মতমনি। নৌনা মপুরোইবা কায়নখ্রবী রেবিকানি। তৌবগীদি রেবিকা নুংশিনবা থুংনখিবদি নত্তে, মশক থোইনা খঙনদনা অহলশিংগী য়াথং ইনখিবনি অদুবু লাইবক থীবদি মতম খরা রেবিকা মপামদা লৈখি অদুবু থা অমা অনি ল্লৈরগা নুপা অদো অতোপ্পা নুপী অমা পুরকখি, থম্মোয় কায়খি ফাগী ফাগীদগী কায়নবা হায়বদো তারমান্নে খল্লকখি রেবিকা অনৌবা লাক্লিবা নুপী অদুদা ৱাহৈ অমত্তা হায়জবা ঙমখিদে অদুবু ঐগী ইপুরোইবনি ঐ অমা লৈরিঙৈদা নঙ করিগী লাক্লিবনো? ইকাই খঙদবী মীগী নুপা মুনবী লাইথিবী হায়দুনা থীনা চৈনীংবনি অদুবু রেবিকা মতম অদুদা কয়ারক হন্না খলখি নুপী মচা মহাক্তি করিসু খঙজদবী নুপী অমবু মহাক্কী ওইনবা চাউনা নমথাক অমা শোয়দনা তৌবীরমগনি খন্দুনা রেবিকা শাউনীংবা কয়া অমা ফাথাকি অদুবু ঈশ্বরমক্তি খঞ্জদুনা লৈপুল শেমজখিবা মপুরোইবা অদুবুদি মহাক য়াম্না ৱারৌই। অদুবু রেবিকাগী লাইবক হেন্না থীরকখি নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মপুরোইবা শিখিবা অদুনি। অসুম্না মতম কয়া হৌখি।

নুপী মচা অমনা নৌনা লুখ্রাবী ওইহৌরগা য়ুম পান্দনা করম্না হিংগনি। অদুগীসু মথক্তা রেবিকাগী নুংশিবদি তেক্তা কায়দনা লৈরি পাখং ওইনা। য়ুমলোন্ননা য়ুম অমুক পাল্লরোই খল্লম্বা পুন্সিবা রেবিকাগী মতৌ অদুদা য়ুম পান্দবা য়ারোইদৌরি। লৈকাইগী মীনসু ঙাঙনবা হৌরক্লে, রেবিকা হান্নগী মতৌগা ইমান মান্নদ্রে, হন্দক মরকসে কৈনোমা ইতৌ তৌরে, মশা অসি ইরাং লাঙই। অপিকপা মচা অনি অসিনা কমদৌদৌরিবা? অতোপ্পা নুপা নহা পাখং মচাশিংনদি রেবিকাবু হেক উবদা লক্লনীংই মরমদি রেবিকা হল্লকপী মৱা লৈত্রবী নুপীনি হায়বগী হন্থবা মীৎয়েংদনি। অদুবু রেবিকানা করিসু থৌশাবা লৈতে, অমুকসু মপুক্লিং নুংশিদুনা কপ্পী, মরমদি ঐবু হল্লকপিনি হায়দুনা উশিত্তদুনা লক্লরিবনি হায়দুনা, শাউবদি লৈতে ঐগী লাইবক্লনি খল্লি।

অমুকসু খল্লি মহৌশাগা ইমান মান্নদবা মীৎয়েং খরা উবা ফংই, মসিগী মীৎয়েংসিবু হল্লকপী নুপী খুদিংদা অসুম্না য়েংনবরা? হল্লকপী লুখ্রাবী হায়বসে ফজফম ইঁরে লৈতে, মসি নুপাশিংদদি তৌদবরা? নুপাশিংদা ওইরগনা নুপী থিরকউ মহায়বা মশানা থিয়ু য়াদ্রগনা মমা, মপা, মরি-মতাশিংনা লামদুনা নুপী অমা অমুক থিজনবীবা। নুপীনা তৌরগনা থীনা ঙাঙনবীবা মসিগী চৎনবীসে নুপা নুপী খেন্নবা থম্বীবদগীনি। হিরম খরদা খেন্নবা লৈত্রগসু হিরম খরদদি খেন্নবা লৈরি। অসুম্না রেবিকা খন্ন-খন্না মমাঙ শঙ্গোইদা লৈরিবা কোন্দা ফি কন্না শারি, হয়েংদি মরুপকী ফি মতেক অমা ব্রাৎলিবা অদু লোইশিন্নবা কন্না ফিশারী। নুমিদাং ফনা থেঙজিল্লক্লে অঙাং অনি অদুসু মবোক্কা তূমখরে অহিং অথেংবা অদুদা ফি শাবগী কোন মখোলবু কোক্কিন্না অথেংবা অহিংদা খোংবগুম হেক্-হেক্ পুন্সিবদা খঞ্জরিবনি অদুগীসু মথক্তা রেবিকানি ফি শারিবসি, রেবিকা তূমদ্রি হায়বা খল্লুবদা হায়ফম খঙদবা পূক্লিংদা ইরাং লাংবা অমগুম তৌরি। রেবিকাবু থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবনা, ময়ূমদা থম্লগে খল্লক্লে। অদুবু অমুকসু খল্লি মৌনি ময়ূম পাল্লুরবী মচা লৈরবী, অসিবু করম্না নঙগী নুপী ওইদৌনো? হায়না থীনা মঙোন্দা ঙাঙলকপা য়াওখ্রবনি অদুবু মখোয়না অদুমহায়না হায়রগা হেল্লকই রেবিকাবু নুংশিরকপা পুন্সিবনা। অমুকসু খল্লি রেবিকাদি অঙাং ওইরিঁঙৈদা ঐগা লুহোংবী শানরকখি অদুনা অসেংবা ওইরিমানে । অদুগী মথক্তা রেবিকগী পূকচেল ঐনা চপ্-চানা খঙই। রেবিকাগী মচা অনি ঐগীদি ইচা নত্তবরা? মীনা ঙাঙনরিবা রেবিকাগী পুন্সিবু ঐগী ওইবদা ঐবুনা মীনা করম্না ঙাঙনবা? নুংশিনবা থুংনবদা মীনা ঙাঙনগদৌরিবসিবু করিনো? অদুগীসু মথক্তা রেবিকা লুখ্রাবীনি, কনানসু রেবিকাবু অথিংবা পীফম থোক্তনা অসুম খন্ন-খন্না পুন্সিবা রেবিকাগী ফি শাফম মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লরবা অসিনি। রেবিকাসু থেঙনা ফি শারিবা অদু পুন্সিববু ঙাইরিবনি।

পুন্সিবনা তপ্পা লাক্লুগা মনাক্তা লেপ্লরবদা রেবিকা হাইফেৎ খংই অসুন্না হায় কনানো? পুন্সিবনা তপ্পা খুম্লকই ঐবু কনানি খল্লুরবগে? রেবিকানা শ্বর শাংনা হোম্ব্রগা হায়রকই ঐদি পাখৎলুরে পুন্সিবনা ঈংনা ব্রা মখা তারকই নঙগী ফিদো ঐখোয়দা শারুরসি রেবিকা হায়ফম খঙদনা পূক্লিংদা হরাওই, চীনবান্দনা অতোপ্পা অমা খুম্লকই মদু ওইথোকপা য়ারোই দা পুন্সিবা পুন্সিবনা থম্মোয় শেংনা হায়রকই খনবা য়াবা খল্লবনি ব্রারেপ চপচানা লৌজরবনি রেবিকা, ঐ নঙগী মিংশে তোয়না কৌনীংই। রেবিকানা খল্লি, ঐনা মতম কুইনদগী নীংজরকপা আশা ঙসিদি থুংলদ্রা খনবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে অদুবু পূক্লিং ব্রাদি ফোংদোকতে চীনবান্দা অমা খুম্লকই অমুকসু অরেম্বা ব্রানি দা পুন্সিবা, মীনা উখ্রগা ফজদে, চৎলো অসুন্না রেবিকানা খুম্লকই। অদুবু অমুকসু পাখৎচৈ চৎখিগদ্রা হায়না। রেবিকাসু পূক্লিংদা ফিরেপ লেপচরে, পুন্সিবগী ব্রাদুনা অশেংবা ওইরবদি পুন্সিবনা ঙাইঙমদনা হায়রকই তুংদা থোরক্কদবা পূন্নমক লোইনা শেম-শারে, ঐখোয়নিগী কুইনা সুম লৈরগা মীনা হেন্না ঙাঙনরক্কনি চৎলসি লাকও অসুম হায়দুনা রেবিকাগী খুদাং পাইদুনা হায়ফেৎ চিংই। রেবিকানা তপ্পা হায়রকই খূৎ পায়দ্রসু য়ানি মাঙথাজগে। হন্দকমুক্তি রেবিকা পূক্লিংগী ব্রা লোৎত্রে।

## ৮ শুবা শরুক

মফম অসি হায়নীংঙাই লৈতনা পূক্লিং হুরবা মফমনি, সুনোলতা খোয়গীদি অনকপা চীংনি, মফম অসিদা শিব মহাদেবগী মন্দির নিংথিনা শেম-শাদুনা লৈ। হেক উবমক্তদা শিব মহাদেবগী অশেংবা মফম ওইরবোই নিংনৈ।

মহৌশানা থম্বীরম্বা চীংশাং পরেং, চীঙ্গোল অমগা-চীংঙ্গোল অমগা লৈনরিবা মওং প্রকৃতিনা থম্বীরম্বা অদুদগী খূৎশেম্না অমুক্কা হেন্না শেম-শাদুনা হেন্না ফজবা মফমনি। মহৌশা লাইনা থম্বীরম্বা উ, ব্লা, মখল কয়া অদুগী মথক্তা খূৎশেমগী উ মখল কয়ানি হৌরিবা। হৈলক্তা হায়রগসু মখল কয়ানি, হৈনৌ, নোবাব্, পুংধোন, কোমলা, চমপ্রা কন্না মশিং শুনা পানবা, ঙমগনি থৈবোং পাম্বীমক্তদা হায়রে পরেং-পরেং, খুৎ হৈবা কনানা শেম্বনো য়েংবদা পুক্লিং হুবগী মশক ঙাক্তনি। তত্তনা লাক্লবা লাইখুরুম্বা মীওই কয়ানা মফম অসিবু উবদা হন্নীংদবসু য়াওদবা নত্তে। হায়ফেৎ চীংয়াই ফাওবা কাখৎলগা নোংচুপ থংবা চীংখোং অমসুং থেল খরা অসিদা তাবা খুলনি। থেল অসিগী খরা চৎথোক্লগা পাৎ ওইনা তৌবা লৌসু অদুম উনবা ঙাসু অদুম ফানবা মফমনি। মফম অসিবু চীংদোন্দগী য়েংথরকপদা ওন্থোক্লা নুংশিখ্রবা লমদমনি। হায়রিবা খুঙ্গং অসি শিব মহাদেবনা কোনবা লমদম্নি হায়নবা লৈ।

নোংমা সিব-মহাদেবমক্কী মমাঙদা ব্লাশক্লখিবা পুন্সি লৈপুলগীদমক, শিব মহাদেবগী সিন্দুরদু নোংদম্বা মখূৎনা লৌরগা সুনোলতাগী লাইবক্তা নম্বীখি। অসুম্না হায়রগা নোংদম্বনা "লমদম অসিবু কোল্লিবা ইপা ইবুংঙো শিবা মহাদেবনা শাখি ওইসনু ঐনা নঙবু থাদোক্লোই।" সুনোলতাসু মীৎলু পীরাংগা লোয়ননা নিজরী শিব মহাদেবদা "পীনবীয়ু

মহাক্কা পুন্সি লৈপুল, হে পীনহৈবা জগৎকী মপু হায়নৈ নহাক্তি তাইবংনা নিবু নিরবদি শোয়দনা পীনৈ হায়না। পীনবীয়ু নচা ঐগীসু মহাক্কা পুন্সি লৈপুল” থম্মোয় শেংনা নিজবা অদুবু ইশ্বরসু উবগুম তৌই। নোংদম্বনা নুংশিনা সুনোলতাবু য়েংলগা হায়রকই “য়েংউ নুংশিদ্রা উচেকশিংসিনা উশা অমদগী উশা অমদা, চোং চোংদুনা শান্নরিবা অসে। সুনোলতানা অমুক তপ্পা হায়রকই “আদৈসিদি উবরা? মখূৎ থিন্দুনা তাকই, মনা য়াওদ্রবা তেরা পাম্বী অমগী মশাদা তোংলিবা চীং খুনু উচেক অসি? নোংদম্বনা উরক্লদুনা নোক্লকই ও, উরে-উরে, লোক মপান্দা হৌরিবা তেরা পাম্বী অসিদা তোংলিবা চীং খুনু মতৈ-মনাওশিরো? সুনোলতানা নোক্লগা হায়রকই মতৈ মনাওনি হায়বদি করম্না খঙলিবা? নোংদম্বনা নোকফেৎ তৌনা অমুক হায়রকই উচেকশিং অসিনসু ঐখোয় অনিবু মতৈ মনাওনি হায়রমগনি। অসুম্না মখোয় অনি নোকমিন্নৈ, নোক্ল-নোক্লা সুনোলতাগী খূদাং পায়দুনা চিংখৎলি, সুনোলতানা হংলকই নোংদম্বদা য়েংলগা কদায় চৎসি হায়রিনো? নোংদম্বনা মখূৎ থিন্দুনা হায়রকই য়েংলুসি লাউ, উজাউ ফৈরাথক্তা কনামত্তা থাংগৎলুবা য়াওদনা শাৎলিবা খোঙ্গুম মৈলৈ, য়েরুম লৈ মশক খঙদবা লৈপাম্বী কয়ানা মান-মানা পামজবা উশিংগী ফৈরাদা তোংজরিবসে সুনোলতানা খুম্লকই ফজবগী ৱাদি হায়নরিবনি, অশৈবা কয়ানা শৈথানরিবনি, অদুবু উবীরমদবা লৈ মখল কয়া লৈহৌরি। মখোয়বুসু নৈথৎপীরমগদ্রা, য়াম্বৎপীরমগদ্রা মতম-মতমগী মীওইশিংনা, কিজবনা তূমিন-তূমিন তুফক তুফাই চনবগুম উরিবসে নোংদম্বনা মশানৌ সুনোলতাবু য়েংলগা হায়রকই চীংনুংগী হরিনা শৈশক্লি, লিরি হুম্বা মালংবনা পুরক্লি চীংগী লৈহাও লৈরেন লৈনম অদুগা নঙগী শমলাংলক্তগীসু শাৎলকই শমলাংগী লৈনম, নুংশিদ্রা খল্লুবদা? সুনোলতানা মশাদা য়াওরিবা ফিজিনা মায়থোং অদু তংখাই খুমজল্লগা মশানৌবু য়েংলকই, লূমথরবা লৈহি

পূদুনা। ফজরবা চীংনুংগী পূক্লিং হূরবা মহৌশা লাইরেম্বীনা থম্বীরম্বা মখল কয়াগী উ, মখল কয়া হৌরি, হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরবা শাৎত্রিবা লৈ মখল কয়া, অমুত্তা উদ্রিবা উচেক মখল কয়া অসি উরুবদা নোংদম্বা মশানৌ সুনোলতাবু হেন্না নুংশিরক্তুনা মতমবাক্তা পম্লগা নুংশিগী নোংলিক খিকথরি। মখোয় অনিগী মতৌ অসি উবদা উমংদা লৈবা য়োংনা উরদুনা লক্লরকই, উ: উ: লাউনা । খঙপ্রেক খঙই, মী ওইরবোই নীংদুনা কূক্-ফূক্ হৌগৎনৈ, তারকখিবা খোঞ্জে ল অদোমদা য়েংথোক্লে। উরকই মখো অনিমক্লা চাউরবা উজাউ অমগী মশাদা য়োং অমনা তোংলগা খূবাক খুরকই, ইকাইবোই শাউনীংবোই নোক্লীংবোই নূং মচা অমা খূল্লগা লংই য়োংদুদা য়োং অদুবু নুংশিদবগী নূংনা থাবা নত্তে তাঞ্জা খঙমন্দে হায়না থাবা নূং মাল্লি। অসুম্না মখোয় অনি নুংশি ৱাখলদা তাউরিঙৈ খঙহৌদে মতম্না চৎখিবা নুমিৎ তারমদাইগী অতিয়া মচুনা সনা অহিংবগুম লৈরম্বা ঙশাইমখৈ কাওথোকলুবা ময়ূম নীংশিংনরকই, সুনোলতানা পাখৎনা হায়রকই, নুমিৎ তাখিগদৌরে চৎলসি ইমানা চৈরমলনি নোংদম্বনা ফাগী তৌরকই ঙসিগীদি মফমসিদা লৈথোক্লসিদনা সুনোলতাসু ফাগী তৌরকই হৌজিক্কী য়োংদুনা ঐবু ফাখ্রবদি? নোংদম্বনা অমুক খুম্লকই খল্লুরবদি য়োংসে য়াম্না শাউনীংই করিগী অদুক শাউনংলিবা?" ইকাইদুনা তূমিন্না লৈগেদি হায়দ্রগা খূপাক্কা খূরক্লদনা, উ: কাসু লাউরকই সুনোলতানা মখা তানা ফাগী তৌরকই নঙনা ঐবু মাংহনগে খল্লকপা অদো মাদি ঙশাইদগী উরিবা অদুনা য়েংনীংদ্রদুনা তৌরিবনি, ঐগী খল্লুরবদি কোম্না অমত্তং পীনিংবনি নোংদম্বনা তপ্না অমুক খুম্লকই নুমিদাং ৱাইরমসিদা নঙগী শক্তমসে কয়াদা ফজরক্লিবনো? নুমিৎনা নোংচুপ চীংগী মরুমদা লৈথরগে নখোয় হল্লো হায়বগুম য়েংলক্লে, কয়াদা নুংশিনা নিংঙমদনা য়েংলকপগুম। সুনোলতা পূক্লিং নুংশিনা খুম্লকই ঙশাইমখৈ কদায়দা লোৎলুবনো খঙদে অমম্বসে?

কূমথরক্লে মালেমসে কূপশল্লগে খল্লমান্নে? ঐখোয়সু হন্নবা তৌরসি মম্‌শিলখ্রবদি খূদোংথীবা ঙাক্তা লাক্লনি। অৱাংবা চীংদগী তপ্ল-তপ্লা কূমথরকই। লিরি-শিৎলিবা মালংবনা হূমদুনা পুরি নুংশিরবা হৈনম লৈনমগী মপাও, চেক্লা পী থাদোইসু খোংলি থাপ্ল-তাপ্লা মতারোই কাইনখিবা কৌবগুম। পী থাদোই, থাদোই, পী-পী, পী-পী। পাক্তা চাক্তারুবা উচেক উরোক্লা চীংমাই থন্না হৌরিবা উপালশিং অদুদা তোংলি, লৈনা শাৎপগুম পুমঙৌ ঙৌনা । পূক্লিং নুংশিরিঙৈ মতমদা উরুবা পোৎ খূদিংমক পূক্লিং নুংশি হায়নবগুম সুনো অমসুং নোংদম্বা মখোয় অনিগী পূক্লিং ইনৌ নৌই। অসুম্না নুংশি ৱাখলদা তাউরিঙৈ খঙহৌদে মমখিবা। তহা-তহা চৎলে হায়রম্লগা পরপ্‌-পরপ্‌ চৎখি সুনোলতানা চৎখিবা অদু নোংদম্বনা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

## ৯ শুবা শরুক

মেরাগী পূর্নিমানি ঙসি, মেরাগী ৱা য়ুংগে খন্দুনা থাংমৈ লেমর্তন অমা শেম-শারি, থম্বালঙাংবীনা মচাশিংদা হায়রকই নখোয়না তৌরিবদুবু ফদি ফৈ হায়ববু কেরোসিন তাঙশিল্লকপা মতমসিদা কয়া ইথান থান্নদ্রেদা। মমাঙঙৈদদি য়ূমথোং খূদিংদা থান্নরম্মী। মচানুপী লতানা মমাদা হংলকই ইমা মমাঙঙৈদদি মেরা ৱায়ুংবদা পাখঙ লৈশাবী লিকোল শান্নরমই হায়দাই? মমানা খুম্লকই "ৱাফূকপা নুমিত্তসু শান্নরমই হায় ঐখোয়সু থোইনা খঙহৌদ্রে, অঙাং ওইনা খরা-খরা খঙহৌবরা? অসুম্না মমা মচা মখোয় ঙাঙনরিঙৈদা নোংদম্বা কোনথোংলোমদগী চঙলকপা অদু লতানা উই, লতানা মচেদা হায়রকই ইচে দা নোংদম্বা লাকই সুনোলতানা হাইফেৎ য়েংথোকখিবদা উরে সুনোলতা হায়ফম খঙদে পূক্লিং হকচাং পূম্বা নীকই। মনাও নুপী লতানা অমুক মচেদা ফাগী তৌরকই ঙসিদি ইঁতেসে ফজেকো ইচে, কন্না পায়জৌ নাম্থোকখিনি। সুনোলতানা মনাওনুপীদা চৈবা মান্না ঙাঙলকই অঙাওবী সুনো চুবী ! মী তাখিনি লতানা অমুক খুম্লকই খঙজরে ইবেম্ম নঙগীদমক হায়বীবগী ৱানি হায়নরিঙৈ য়ৌশিল্লকই নোংদম্বসু, মনাওনুপীনা মোরা পূথোক্পুনা থাই অদুগা হংলকই ইঁতে কৈদৌঙৈ চৎপা তারগে? লতানা ইঁতে হায়খিবা অদুদা সুনোলতানা নাকন্দগী কিন উৎলি লোন্না মনাওনুপী লতাদা। মনাওনুপী লতাসু মচেদা শুগৎলকই। মখোয় মচিন-মনাওগী মওং অদু নোংদম্বসু খঙই। নোক্লিংবা খাঙলি নোংদম্বা। হাইফেৎ চাউবা মান্নরবনি মচিন-মনাও, হাইফেৎ য়েংবদদি মশক খঙনদ্রবনি মচিন-নাও, শক চু চপ্

মান্নে, ৱাঙাঙ ৱাতাসু খেন্নদে। লৈকাইগী মচেম মনেমসু মিং ওন্ন-তৈননা কৌবসু য়াওরিবনি। নোংদম্বনা তপ্লা খুম্লকই হয়েং চৎপা তারে। হয়েং চৎকনি হায়বা তাবদা মাইথোং মকা লাম্লম্বা সুনোলতা মাইথোং অদো শকফম হলজনখি। ঙরাং নহান লাক্লম্বা অদুসু সুনোলতানা মশা নুংঙাইতে হায়দুনা উনসি হায়বা য়াখিদ্রবনি অদুবু ঙসিদি নোংদম্বনা ওকসাইদা অমুক চৎলনি হায়রকপদা সুনোলতা পূক্নিংদা হায়ফম খঙদনা অৱাবা ফাওরকই। নোংদম্বনা মনাওনুপী লতাদা হংলকই হন্দকমুক থোরকপদদি করি লৈবীরকউগে? লতানা খুম্লকই ঐগীদি লায়রি লোল থোকত্রবী অমগুম উংদুনা লৈরিবী ইচেগী ওইনা লৈবীরকউ ঙশাইমখে ৱা ঙাঙদনা তূমিন্না লৈরম্বা সুনোলতা মনাও নুপীগী ৱা অদুদা খুম্লকই ইনাও নঙ অহৈ শাজনু ঙসি কিন চাবা শোয়দে মনাও নুপী লতানা মচেগী অৱাবা অদু উরকই মচেগী মতৌ অদুদা অসুম্না ঐ ৱা অমত্তা হায়জররোই চঙজরগে ইমুংদা, হায়নীংবাশিংদো হায়হৌরো হয়েং অমুক ঐঙোন্দা করি অমত্তা হায়হৌদ্রে হায়না কপ্পদো য়েংবা ঙমজরোই অসুম হায়রম্লগা লতা ইমুংদা চঙখি। নোংদম্বনা ঙাইহাক তূমিন্না লৈরগা হায়রকই নঙগী নওংদুদা ঐসু লাক্লরোইসিরা খলবনি অদুবু হয়েং শোয়দনা চৎকনি খঙহনবা লাকচবনি। ঙহানসু ঙাইহাক উনসি হায়ববু উন্ননীংদ্রদুনা মরৈ তৌরকপা অদুদা নীংজবা অমা লৈরমান্নে ৱা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা মরক থৎলকই সুনোলতানা পূক্নিং নুংশিনা নুপীনী হায়বা কাউবীরমান্নে? ইকাই থীবী নুপীঙ্গাশিংগীদি মাই ঙমলোই হায়বসি নত্তনা করিসু উপায় লৈজদ্রবীনি। নোংদম্বনা মখা তারকই অদো হন্দকমুক্তি করি লৈরকউগে? করিসু লৈবীরক্কনু কৈনো অমদি হায়য়ুদনা? হায়বীরিবদুনা য়ারে ফরেনে, ঐনা পাম্বা পোৎ খরা লৈরক্লগে সুনোলতানা হায়রকই অরেপ্পা লৈতবা নুপাগী পূকচেলবু থাজদদুনা ঐগী হাল্লহ্নবু তাম্লবা মীরমগী ফজরবা কয়া উরগা ঐবুদি

কাউবীগনু অসিখক্তনি ঐগী পামজবা ঙসি ফাওবগী মনুংদা ঐগী ইমীৎসিদা নুপী অমফাও উখিদ্রি নঙগুম্না নুঙশিবা মদুদি হায়শিন্নবনি, নুপাশিংগী তাৎনি লৌনম ৱাহৈ ঙাক্তনি। নোংদম্বনা তপ্না খুম্লকই ঐনা হায়বা খূদিংমক নঙনা অমত্তা য়াদে সুনোলতানা শাউবা মান্না হায়রকই ঐসু খঙই নঙনা ঐবু নুংশিরমগনি অদুবু য়াংনা হায়বা ৱাহৈশিং অদুনা ঐবু থাজবগী ৱাংমদা লৈহল্লি। নোংদম্বা হায়ফম খঙদবা ৱাহৈনা হায়রকই নঙনা থাজনবা ঐবু করি হায়য়ু হায়বনো? নঙবু নোংমতা উহৌদবদা লৈঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়নি। নঙনদি খঙলমলোই? নুংশিবা ওন্নবা পাত্রী লৈরবদি নঙনা খঙলমগনি নঙোন্দগী ঐনা নঙবু নুংশিবা হেল্লি হায়বসে সুনোলতানা তপ্না খুম্লকই আদা লৈমিন্নরিবা মরকশিং অদুদা মনিপুর নুপী কয়া অমা লৈমিন্নে হায়বা ঐসু খঙই, মশক মতৌ ফজবী কয়াগা লৈমিন্নবনিনা, অদুগীসু মথক্তা মতিক চাবী ঙাক্তনি, ঐগুম্বী করিসু লৈতবী অমবু নীংশিংলমগনি হায়বা থাজদে? নোংদম্বনা ফাগী ওইনা থাজদ্রগা নঙসু চৎসিদনা? সুনোলতানা খুন্নকই লাকওই খঙনা বার্তন তৌবীরনু? অসুম্না মখোয় অনি ৱারী কয়া শানরগা নোকমিন্নে। কনানা খঙগনি মীওইবগী পূকচেল ঙসিনা অমা হয়েংনা অমা হায়বগা তৌবগা নোংদম্বা নুপী অমা পূদুনা থোরকখি, মখোয়গা লাইরিক তম্মিন্নবী অমা নোংদম্বগী মপা নোংয়াইনসু হান্না খংনবা মরুপকী মচা নুপীনি। অসুম্না হৌখিবা ৱারী কয়াসি নোংদম্বগী মরুপ পুন্সিবদা সুনোলতানা ৱারী লিরি মীৎলু পীরাংগা লোয়ননা মথং-মথং ৱারীশিং অদো তারগা পুন্সিবসু নুপানি হায়দে মীৎকী তোববান পূম্বা পীনা চোন্না লৈরি। পূক্লিংনবু নুংশিরবা উরু-উরুবা পোৎ পূম্নমক পংনুংদা নুংশি, পূক্লিং ইনৌতা নৌই হায়বগুম সুনোলতা মহৌশা চৎমিন্নখিবা চীং লম্বী হৈকোল, লৈকোল য়েং-য়েংলা থিংবা ঙমদে মীৎকী পী শিন্থু রকই সুনোলতা। হিক্-হিক্ মখোল থোক্লকই থম্মোয়। লুহোংবা

মতমসু নকশিল্লক্লবনিনা পূক্লিংসু ইনৌতা নৌবা মতমনি। অসুম্না হৌখিবা মতম খণ্ডহৌদে, সেকেন্দ, মিনট, পূং, নোংম, নিনি, হুমনি, হাপতা, থা চহি, কূইরক্তে সুনোলতাগী লুহোংবা। অসুম্না হৌখিবনা ঙসিসু অমুক নোংঙাল্লে। থা মখায় অমতা ঙাইরে সুনোলতাগী লুহোংবা লৈকাইগী মতারোই অমদি অরাপ্পা মরুপ মপিজা কয়ানা লুহোংবা হংবা লাক্লরি, পোৎপাং কয়াসু পূনরক্লি। মমান্নবী ময়াম অদুগী মরক্তা অচেৎপা মমান্নবী রেবিকানি। রেবিকাসু সুনোলতাগীদমক মতেং পাংগে খন্না অরৈ লৈতা তান্নরি। মমা থম্বালঙাংবীসু মচানুপীগীদমক হোৎনরি, মীগী মমাঙদা চোপতনবা অদুগীসু মথক্তা মচানুপী অহলনি, অব্রা অনা কয়া পূমিন্নরক্লবনি তূম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ হিংননবগীদমক ব্রাজরক্লবী মচা নিংঙোল অহলনি। পীক্লিঙৈদগী মমা থম্বালঙাংবী মাল্লি হায়দুনা লৈকাইগী মীনা ঙাংবী ঙাংবী ঙাংবীতোন হায়নসু কৌনবী সুনোলতানি।

সুনোলতাদি হায়ফম খণ্ডদনা ব্রারী নোংদম্বগী মপা নোংয়াইনা সুনোলতাবু নুংতিগী থেম্বা লাকপসিগী। নোংদম্বগী মতৌ অদুদা সুনোলতাসু হায়ফম খণ্ডদ্রবনি। চঙসন্সি কদায়? হন্দোকসি কদায়? ব্রাবগাইদা লৈবা মনেমনা সুনোলতাবু অফবা নুপাদা পীনীংদুনা ব্রাবগাইদা লৈবা নুপা অমদা লূহোংনবা শিলখিবা অদুগী ব্রারোইপোৎ পূদ্রিঙৈদা নুপা অদুগা নোংমা সুনোলতাগা শক খণ্ডনহনখ্রবনি। নুপাদুনদি নোংমা উখি হায় সুনোলতাবু নোংমা মনে হোইদা লাকপদা। সুনোলতাগী নিংথিবা, ফজবা, অব্রাৎপা অমতা লৈতবা নুপী মচানি। সুনোলতাবু হেক উবদা এ: হায়দবা কনা অমতা লৈতে, সুনোলতাগী ফজবা চিংলেম্বা অদু উবদা কনা কনাগুম্বানা ইঁতৈমা ওইজনীংখ্রেদা হায়না হায়নহৌই, নুপা মচাশিংনা । অহল, হনু ওইরগনা ইঁচা ইঁমৌ ওইজনীংখ্রেদা হায়না শোন্নহৌই। অসুম্না সুনোলতাবু হেক উবদা ফজে হায়দবা য়াওরমলোই। অসুম্না লুহোংলমদাইগী ইরাং লাংলিঙৈ

মতম খরদা ঙায়রবা মতম অসিদা নোংয়াই মচা নুপাগীদমক মমৌ হায়বা তোয়না লাক্লি। নোংয়াই কার অমদা তোংদুনা সুনোলতাখোয়গী কোম্মোংদা চঙলকই। কনানো মী অমা লাকই হায়না সুনোলতানা য়েংথোকখিবদা নোংদম্বগী মপা নোংয়াই ওইরম্বা অদুদা পূক্লিং হেন্না নুংশিরকই। মী লাক্লিবা অদু কৌরমদনা ইমুংলোমদা পরপ্ পরপ্ চঙশিন্দুনা মাগী কাদা চঙখি নোংয়াই হান্নগুম মী উশিন্তবা অদুমক্তি ওইদ্রে, মচানুপাগী মওং অদুদা নোংয়াই করি অমত্তা পূক্লিং হন্থবা লৈতে। মী লাকই হায়দুনা থম্বালঙাংবীনা মোরা পুথোক্তুনা থোকখিবদা নোংয়াইনা লেপ্লম্বা অদুদা শ্বাই লাউই, নোংমা কাংদনা লাকশনবা অসিদা, থম্বালঙাংবীনা "তাদা সিদা ফম্বীয়ু" হায়রম্লগা ইমুং চঙগে তৌবদা নোংয়াইনা ব্রা হংলকই থম্বাল, ইমৌ নুপীদি কদোম চৎথোকখি? থম্বালঙাংবীনা তপ্লা খুম্লকই তাদা লৈরমগনি মমান্নবশিংনা পোপাং থিনবা লাক্লম্বগী ইরাং লাঙলম্বনি। নোংয়াইনা নোকফেৎ নোক্লগা ফৈ-ফৈ, থা মখায়মুক্তা ঙাইরবনি। ইবেম্মা থম্বালঙাংবী নখোয় ঐবু ব্রারৌনু সুনোলতাবু তশেংনা ইমৌ ওইনীংদুনা তৌবনি মসি নখোয়বু ঐনা নুংশিদ্রগদি হায়গদ্রা? মরম অদুনা নখোয়গী লুহোংবা অদো হায়দোকখ্রো, লুহোংবা নুমিৎ অদুমক্তদা নুমিৎ ইকায় কায়দনা ইচা নুপা নোংদম্বগা লুহোংসি, মরাইবক খরা থীদুনা খোঙ নাম্মা শোয়খিবগী ব্রানি । করিসু কায়বা নত্তে ইচানুপাগী করিসু ব্রাত্তে। লৈরিবা ঐগী মান-চাং পূন্নমক ইচানুপা মথন্তগীনি। খোঙ নাম্ম শোয়রে হায়দুনা ব্রাগদৌবা নত্তে। থম্বাল, অদুনা নহাকথক্তসু ইকাইবা কয়া নংখ্রবনি, হন্দক্কী মতাং অসিমদি ঐগীসু মায় খরা য়েংবীয়ু ? ইস্তা নচা নুংশিনদবসু নত্তে অদুবু, ইচাগী বদনাম অমা লৈখিবা অদুদি মরুপ অমগী মায় ঙাকলুবনি অদুবু, লুহোংবা নুমিত্তা অতোপ্পা নুপাদা চেলখিবদো ঐ খরা ইকায়, অদুবু লুহোংবা নুমিৎ অদুমক্তদা ইমৌ সুনোলতাবু লুহোংগনি লৌরুনি হায়না চৎখিবা ইচানুপা গাড়ি

এসিদেন্টদা খোং নাম্মা য়াওখিদরে। খোং নাম্ম য়াওদে হায়না য়ানীংদবদি তৌবীগনু? ঙরাং ঙহানসু সিদা লাক্লমগনি। চাওখৎলবা মতমনিনা হৌজিক্তি করিসু ৱানীংঙাই লৈতে পৈশাবু পায়রবদি । থম্বাল ঙাংবীনা তপ্না খুম্লকই তাদনা খলবিরিবা ফত্তবা ৱাখলদুদি নৎচদে, নোংদম্মবু ইচাদা ইচাদৌনা খঞ্জরিবনি, অদুবু মতম অদুদা ইচানুপীসু ৱাজখিবনি লৈশাবীনি হায়দে য়াম্না কপচখি। হৌজিক্তি ইচানুপীগী লুহোংবা নুমিৎ তরামঙাদা ঙাইরে, লাক্লিবা ফাইরেনগী মঙানি পানবা ফাইরেন পঞ্চমি নুমিত্তনি। অরাপ্পা য়ূমচং বার্ত্তোনদি চৎপা হৌখ্রবনি নোংয়াইনা থৌ ইশা শাদনা হায়রকই করিসু কায়দে বার্ত্তোনদি নুমিত্তুদা হোংলগা লোইরে । থম্বালঙাংবী হায়ফম খংদে, নোংয়াইগী অনম কনবা মতৌ অদুদা ঙাইহাক তূমিল লৈরগা থম্বাল ঙাংবী মখা তারকই সি য়ৌরবদি ঐসু হায়ফম খঙদ্রে, ইচাশিংগী ৱানা করি হায়গদৌরিবনো? অসুম্না নোংয়াই তত্তনা ঙাংলি। নোংয়াইগী ৱাদা নত্তে, মচা নুপা নোংদম্মসু ইতৎ-তত্তনা ঙাঙলি অদুবু মী অমনা তোয়না হায়জিল্লক্লবদি মীগী পূকচেল খরা হোংলকপা হায়বসে শোয়দবনি। অদুবু মতমদি লৈত্রে। নোংয়াই অমসুং মমানা শান্নরিবা ৱারীসিংদু সুনোলতাগী কাদা লৈরিবা সুনোলতা অমসুং মনাও নুপী লতা অমসুং লৈকাই মমান্নবী রেবিকা মখোয় তূমিন-তূমিন তানরি। রেবিকা অমসুং লতাদি অমুক-অমুক লোন্না নোক্লি। সুনোলতাদি নোংয়াইগী ৱা অদু তাবদা থবাক্কী মীহুন দং-দং চোংলকই। মমা থম্বালঙাংবীদি শাউসি শাউঙমদা মপূক্লিংদা অসুম্না খল্লি, নোংয়াইসিবু ঐখোয়বু উশিত্ত্রদ্দুনা মতৌরিবরা? নম্রগা তশেংনা ঐখোয়বু নুংশিবদগী অনম কল্লিবরা? হায়বা ৱাখল কয়া অমা খল্লি। নোংয়াই আশা অমগা লোয়ননা অসুম্না হায়রকই নখোয়গী লুহোংবদো ঐগীসু লুহোংবা নুমিৎনি। হয়েংদগী বার্ত্তোন চৎলনি মরক্তা অমুক লাক্লরোই চোপ্পা য়াদে অসুম হায়রম্লগা নোংয়াই চৎখিরমই। নোংয়াইনা হায়রম্লিবা

ব্রা অদুবু থাজবা য়াবা ব্রারনে? চৎনবা য়াবা ব্রা অমত্ত নত্তে হায়দুনা মমা মচা অমদি মখোয় তানরি, সুনোলতাগী লুহোংবা থৃগাইদৌগী শীনবা হিগাই ব্রাদুম ওইরিনি। অসুম্না নোংম-নোংমা হৌখি।

## ১০ শুবা শরুক

তাম্লবা চীংদোন্দা চাক্লিবা লাম্মে অদুবু য়েংলগা কপলি, নিংঙোল লমদম নুংশিবা থাদোক্লনি খনবদা পৃক্লিং ইনৌতা নৌরি অদুঙৈ নুংশি লৈপুন ওইসি হায়দুনা ব্রাশক্লখিবা শিব মহাদেবগী শাখিশিং অদুনা অরেম্বা তারবা? নম্বীখিবা সিন্দুরদুনা মীনম্বরা? ঙসি ব্রাকচিংগী থাশিনিকো। অঙ্গৈংবা নুংশিৎ পুদুনা লিরি হুমলিবা মালংবনা পুদুনা লাক্লি হৈনৌ হৈখা নোবাব মপানগী নুংশিরবা লৈনম অসুম্না মখোয় অনি উনখিবা মফম থৈবোং মখোঙদা ফমদুনা থেঙলবা অহিং অদুদা ওন্ন-থোইনা মৈচাক খাঙলি। তপ্না অমুক হৌগৎলি অঙাওবীগুম, সুনোলতা ঈশৈ ওইনা শক্লদুনা হৈকোল লৈকোল অদু কোয়চৎ চৎলি।

ঈশৈ

ঐগী নুংশিবনা তাইওন্নরবদা
থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাকসে
নিংঙোল ঐতগী মৈচাক্লা
ফংলম্মোইদরা নঙগীদি চৈনাসে
অসুক ব্লাবা মৈচাকসিবু ।।
খঙলরোই খল্লুবা মিকুপতা
অঙাওবী মতৌগুম কপনীংই
অচিংপদা পামলিবা থম্মোয়সে

কায়না মৈচাক চাক্লিবরা ।।
নোংমা উনখিবদুনা অরোইবরা
কায়নবা হায়বসে ঙাওই
উনখিবা মফম খূদিং
লৈরমগদৌবোইদা নীংই হান্নগুম
থেঙলবা অহিং তাংলৌফাও।।

কনাগুম্বী অমগীদমক থম্মোয়নুংদা ফোংদোক্লা নুংশি মৈচাক খাঙদবা কনাগুম্বা কনাগুম্বী লৈতবা নত্তে। সুনোলতা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিজবা লৈকাই অদুদা লৈজবা সুনোলতাগীদমক থব্রায় হকচাং কৎথোক্লা য়ূম পাল্লরোই ব্রম্মাচারিগুম লৈরগে লেপখ্রবা কুনজরসু অহিংসিদা লৈকোন্দুদা লৈরম্বনি সুনোলতানা লৈকোন্দুদা লাকপা অদু উবদা নাথৈদুনা ঙসাইমকৈ সুনোলতাগী মতৌ নুংশি ব্রাবদগী ব্রাবদি থম্মোয় মৈচাক্লি। অদুগীসু মথক্তা ফোংদোক্লা ইদেম খাঙজবা মৈচাকসিনা খরা হেল্লি। কুঞ্জরনা সুনোলতাগী মওং অদুদা হেন্না-হেন্না নুংশিবা হেল্লক্লি। সুনোলতানা ঈশৈ হেক শকপা লোইবগা হিক-হিক খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই। কুঞ্জরনা মতৌ অদু উবদা সুনোলতাগী মনাক্তা চঙনীংলকখি অদুবু অথেংবা অহিং অসিদা সুনোলতানা লান্না খলগদ্রা খন্দুনা সুনোলতাগী মনাক্তা চঙসিনবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রে। ফত্তা-নুংদা থোরক্লবদি সুনোলতাগীদমক ঐ লৈরি হায়না চীংজাওগুম লেপকনি খন্না কুঞ্জরগী থম্মোয়না লৈরি। থাশি নুমিৎ ওইরগসু নোং লৈচিল লৈতবনা অতিয়াদা থব্রানমিচাক্লা পূংলং লংলি, মালেমদসু মঙাল ফংবনিনা থোইদোক্লা মমদে। সুনোলতানা কপ্লা কপ্লগা থৈবোং পাম্বী অদুদা ঙাথখিবা অদুদা ফত্তা নুংদা থোরক্দ্রা খন্দুনা কুঞ্জরনা লৈকোল অদুগী মথক চীং মথকলোমদা কাখৎলগা লাপতক্লা খোঞ্জেল লোৎশিল্লগা লাউরকই, থেংলবা অসিদা হৈকোল

*লৈকোন্দা লৈরিবী নুপীমচা নহাক য়ূমদা চঙখ্রো,* ঙাইহাক লৈরগদি শা-কৈ থোরক্লগনি। চীংদা লাউবনিনা খোলথাংনা য়ৈরগা হন্ন-হন্না লাউরকই। খোঞ্জেল অদু তাবদা নুপী মচা ওইবনা অকিবা অমা ফাওরকই মরম অদুনা ময়ুম থোঙ্গাল্লোমদা পরপ্-পরপ্ চঙলকই। সুনোলতানা ময়ূম চঙখিবা উবদা কুঞ্জরা মথন্তা শোঞ্জহৌই, হন্দক মপোকীদি ফোংদোকপা ঙমজদনা ইদোম মৈচাকসে পুহৌরগে। খঙবীদনা চাকপা মৈচাকসে অসিমুক ব্রাবা মৈচাকসে লৈরমগদ্রা? য়েংজনীংবা শক্তম অদুনা ইমাঙদা লেপ্পরবা ফাওবা ফোংদোকচবগী পাঙ্গল লৈজদে। ফোংদোক্তনা নুংশিবা হায়বসে পাঙদবগী লিচৎনি নত্রগা তসেংননা থম্মোয় শেংনা নুংশিজবনি। করিগুম্বা নীংবা অমা কায়খিবদগীসু অদুম ফোংদোক্তনা থম্মোয় লাইমন ওইদুনা পুন্সি লোমখিবসু লৈতবা নত্তে, কুঞ্জরনা অমুকসু খল্লকই মতম অদুদা নহাক্লা ঐগী থম্মোয়গী মমি অসে তারম্লগদি ঐহাকসু ইনীং তম্লা ফোংদোকচবা ঙম্লমগদবনি অদুবু তাঞ্জা অদুমক্তদা ঐগী মরুপ নোংদম্বনা থৌনা ফনা নঙবু নুংশি হেক্তা হায়দোকখিবা অদুনি, অহানবা হেক উখিবা মীকুপতুদা, নুমিৎ অদুদা ঐগী কুয়না শাগৎচরকপা নুংশিগী মংলান অদু মীকুপ অদুদা কাইখিবনি। মরম অদুনা মথং মপোক অমদদি নঙগা নুংশি লৈপুল পীনবীবা ওইহনবীয়ুনে হে লমদমসিবু কোল্লিবা হে ঈশ্বর নহাক্লা। অসুম্লা থেঙলবা অহিং অদুদা কনাগুম্বী অমগী মৈচাক্লা খাঙমদ্রদুনা চীংগী থেল অদুগী হৈকোল লৈকোল অদুদা মাগী ব্রারী লীরি। মীগী পূক্লিংগী ব্রা খঙবা লাইনদি উরমগনি কুঞ্জরগী থম্মোয়। অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবদুননি কুঞ্জরনা সুনোলতাগীদমক মহাক ময়ূম পাল্লরোই হায়না লেপখ্রিবা। মীনদি হায়নৈ নুপানবু করিগী অদুক পাঙদ্রিবা? নুপাদসু ইকাই থীজবা নুপীদগী হেন্না ইকাই থীজবা লৈতবা নত্তে। কুঞ্জরনা উ-ব্রা পূন্নমক্তা খঙহৌরসনু তাহৌরো হায়বদৌনা ব্রারী লিরি অহিংগী অচিকপা অদু থুগায়রি। উনা-ব্রানাশিংসু কুঞ্জরগী ব্রারী

তাবদা তূমথরুবদগী মীৎকপ্ থোরকই, মাগী ব্রারীশিং অদু তাবদা উনা-ব্রানানা খুবাক খুনরি তাইবং মী নঙসু উ-ব্রা ঐখোয়গুম্না ফোংদোক্তনা মৈচাক খাঙবা ঙমই হায়না থাগৎনরকই। অহিংদা চাক্তাজবা উচেকচাশিং অহিং মমৈ ওইরক্লবদা মাগী মাগী ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা মিৎকপ থোকই য়াহৌ ঙনবা উচেক অমদি তিল কাং মীৎকপ্ থোক্লরকই, পূংশিং খঙবা মরিংগী য়েনবানা পাউজেল্লকই পূংশিং চান-চানা, লাপ্পা-লাপ্পা অমগা-অমগা হায়নরুবা তৌদনা, খোংনরকই তৌববুদি মমাঙঙেদা ঘাড়ী থোরক্লিঙে পূং খঙনরম্বা অমসুং পূং য়েংনরম্বদি নুমিদাংদা য়েননা খোংবা, অয়ুক নুংথিলদনা য়ূমগী সাইজিন মরুমদা ফক্লাংদা কূমথরকপদা পূং শুক তারে মাঙ্গোল উখোংতেন য়ৌবদা পূং শুক তারে মাঙ্গোল ডারি কুমথবদা সাইজিন্না পুং শুক্লি, চুরী মখাদগী খুদুপ মখাই লম্মুক চখোকপদনা পূং পূংশীং খঙনরম্মী। মীওইবনা থৌসাবীদ্রবা য়েনখোং ঙসিসু অদুম মখোংলি পুংশিং কায়দনা। অসুম্না নোংঙাল্লমদাইগী মঙান অমা ফাওরক্লবদা কুঞ্জরনা তপ্ন-তপ্না চীং অদুদগী কুমথদুনা ময়ূম তম্না চৎখ্রে। হিক্ল-হিক্লা কপ্লগা সুনোলতানা চৎখিবা মাইকৈ য়েংল-য়েংলদুনা।

তূম্বা কায়হৌরবা উ-ব্রাশিং অদু ঙাইহাক তূমথবা য়াবরা য়েংগে খন্দুনা ঙাইহাক অমুক উইথগে তৌরিঙৈদা নোংঙাল্লমদাইগী লিরি শিৎপা মালংবনা অমুক হৌদোক্লরে। তূমশিৎ ফাদবগী হৌনবী হৈনীংবোই হৈনীংদবোই তিংলিন য়াংলেনলি, উনা ব্রানাসিংনা লেঙনীংগুম-লেংনিদবগুম তন্দে-মান্দে । অসুম্না কুঞ্জরগী পুন্সিদা নীংবা কায়বগী চৈনা অদু পূদুনা লেল্লি।

## ১১ শুবা শরুক

কুঞ্জরা থম্মোয়গী মৈচাক অমা পুদুনা অচিকপা মফম খূদিং তূমিন-তূমিন অঙাওবা মতৌগুম লৈরি, উচেক্কোন্দগী চুম্না নোংপোক্তা চীং লম্বী চৎলিবা মোরেহ ব্রম্মা তাবা খোঙ লম্বী অসিগী ইঙাংলোক খুন্দগী ওইরোমদা লৈরিবা চীং লম্বী অসিদা কাখৎলগা ঈশিং থিংবী হায়বা ফজরবা মফম অসিদগী খরা অমুক চৎলগা মচি লমখাই লম্বী অমা লৈরিবা অদুদগী খরা খজিক চৎলগা থবী কৈথেল হায়না খঙনরিবা মরিং খুল অসিদগীসু খরা চৎলগা চরা ব্রালফম হায়না খঙনরিবা লোক অসিগী মফম অসিদা কুঞ্জরা অমসুং পুন্সিবা চীংগী ইতাওদগী শিং গাড়ি মপোৎ অনিদং লৈগে হায়নবা শিং অদো য়েংবা লাকপনি অদুদা ঈশিং থক্লিঙৈদা মরুপতা হায়রমদনা হাইফেৎ লৈশনবা লোক্কী চীংগোন্দুদা চারা ব্রানফম হায়রিবা মফম অসি য়েংবদা ওন্থে ক্লা ফজবা মফমনি মমাঙঙৈদা খোংনা অরাপ্পা মফম চীংগী খুলদা চৎনবদা হায়রিবা চরা ব্রানফম লোক অসিদা য়ূমদগী চাকয়োম পুরকপা অদু মফম অসিদা চারা ব্রান্থোক্লগা চীং অমুক কাদুনা নোংপোক্তা লৈরিবা চিংগী খুল য়ৌনবা চৎনবা মফম অসিদা ব্রম্মা য়ৌনবা চৎনবা খোং লম্বী অমনি। মফম অসি লম্বী ফাংই য়েংবদা য়াম্না ফজবা মফমনি, মফম অসি চেন্থরক্লীবা লোক্কী ঈশিং অসিনা ব্রাংজিং তুরেল মরিলনি মফম অসিদা হৌবা উ-ব্রা য়াম্না নিংথিনা হৌই, থরুবদি কনা অমত্তা য়াওদে মথন্তা হৌরকপনি অদুবু মতমসিগী মীওইনা নোংম-নোংমগী য়ানবা লেপ্তুবনিনা হেজিক্তি পুংকোক কোক্লে চীং অয়াম্বা, অদুগীসু মথক্তা চীংমীশিংনা পামলৌ উনবা চীংমায় পূমম্নমক মৈ থাবদা চীংগী লৈহাও লৈবা চীংমাই অয়াম্বা লোইনা কোক্লে হায়রিবা মওং মতৌ অসি উবদা কুঞ্জরা শিং য়েংবা

লাক্লগা থম্মোয়দা মৈচাক হেনলক্লে উরু উরুবা য়েংখি য়েংখিবা মফম খূদিং পূক্লিং ইনৌ নৌরক্লে । পূক্লিং নুংশিবা মতমগা ওইবগা কুঞ্জরা হায়ফম খণ্ডদবা অব্রাবা অমা থম্মোয়দা ফাওরি মরম অদুনা কুঞ্জরা লোত্তুদা লৈরিবা চীংজাও অদুগী মথক্তা ফমলগা লোকমপান্দা হৌরিবা উ থম্বাল পাম্বীদুদা শাৎলিবা উ থম্বালশিং য়েংদুনা লৈরি ঈশিংদা শাৎপা থম্বালগা করিদা খেন্নরিবনো ? উ থম্বাল পাম্বীদুগা থংননা হৌরিবা উজাও পাম্বী অমদা য়েৎপওই কাবওই তৌবা উরি লৈনা পামেন মরুম থুপনা হিংজরি । পামেন ফৈরা থক্কী কারোংদা মনীং তম্না মায়থোং মকা লাম্না শাৎলিবা খোগুলৈ, য়েরুমলৈ, মেৈলৈ লৈশ্না নুংজুম্বা কদামবদি লৈ নুংশি কয়ানা নিংথিনা চারোং চারোং শাৎলিবা? মখোয়শিংসি উবদা কুঞ্জরগী পূক্লিংনা শোল্লকই, মপু পালবা লৈরা মখোয়বু? হেকচনীংবনি ইখূৎসিনা পূক্লিংনা পেন্দ্রীফাওবা? কিজৈ অমুকসু ঈশৈ ওইনা শক্লী

হেকচনিংই ঈখূৎসিনা
পূক্লিংনা পেন্দ্রীফাওবা
কিজৈ লৈরাংগী লৈশক হেনবনা
কুমথরক্লো লৈ নঙবু কৈদৌবগে?
থম্মোয়গী লকা খূদিং
পূক্লিং পেন্না শাৎলরে।
ঙমগনি ঐসু নঙসু
রানিগুম্না থমজবা থম্মোয়দা ।।
পুক্লিগী ব্রাদী ফোঙজবা ঙমজদে
লৈ নঙনা ব্রাংনা শাৎপনা
নঙগীদমক্কী ঐনা
অহিং নুংথিল নাইদনা শংলিবা ।।

মফমখণ্ডদনা মাঙখ্রবা মরুপ কুঞ্জরবু থব্রায় ব্রানা থিরকপদা

*লৈরমই লোক্কী ঈশিং চেন্থরক্লীবা ঈচেলদুগী মতাইব্রাইরম লৈরিবা* নূংজাও ঈশিংনা থূমদবা অদুগী মথক্তা ফমদুনা লোক-মপান অদুদা হৌরিবা উজাউ পান্বী অমাদা শাৎলিবা লৈশিং অদুবু য়েংদুনা লৈরম্বা অদু উবদা থব্রাই ব্রানা শাউনা চৈগে খললম্বা পুন্সিবনা শাউবা ঙমদে কুঞ্জরগী মতৌ অদুদা। মহৌশানা মরুপকী পূক্লিং খঙবনা পুন্সিবনা লাক্লরকই করিগী অদুক খোইদরুরিবনো ঊ কাবদি হৈতনা থম্মোয় লাইমন ওইনবনি, নুপানিদি হায়রগা নুপা মান্দবা মীদি ফরক তাজনি মীনা ঙাঙনবনে মৈচাক অদো খঙভু। নুংশিবদি হৈতবা নুংশি শাবা থম্মোয় অদো ব্রারগা কপসনু নুংশি হৈবা শারিবা থম্মোয় অদো য়েংনীংদে। মীনা তারগা করিসু ফনা ঙাঙনরোইয়ে।

পুন্সিবনা মরুপ কূঞ্জরাদা লাউনা লক্লরকপা অদুবু খুন্দুগী চীংমী লৈশাশিংনা লোক্তা ঈশিং শোকপা পরেং শানা কূমলকপদা মালংবনা চীংগী লৈশাশিংগী নাপদা খোম্থাং য়ৈনা তাররি মখোয়দা লক্লরকপা মতৌগুম নুংশিৎনা হুমদুনা পুরক্লীবা খোঞ্জেলশিং অদো হন্না হন্না হায়রকপগুম তারি । খোঞ্জেল অদো তাবদা কোক্তা শম্ম য়ানলগা লোক্তা ঈশিং শোকপা কূমলক্লিবা চীংগী লৈশাশিং অদো চপ চপ লেপতুনা খোঞ্জেল অদো তারি। খোঞ্জেলশিং অদো তারগা মখোয় মশেম য়েংনৈ । লৈশাশিং অদুগী মরক্তগী অমনা খুমলি।

চীংদা শাৎপা লৈদি খুনলাকপগী লৈনি। মপু তাকতা হেকপা লৈদি থম্মোয় হূরালবনি মীনা খঙবীদ্রবা মৈচাক মথন্তা ব্রাবনে থব্রাইনবু খোইদারগদি ঊ কাবা কিরুনু তারক্লীবা নুজাশিংগী খোঞ্জে ল অদো কুঞ্জরা অমসুং পুন্সিবা ইঙক ঙক্লা তারি মখোয় অনি য়েংনরগা পুন্সিবনা অমুক খুম্মি। নশক ঊদা খোঞ্জেলদা তাবদা ইতাওগী পূক্লিং হূম্রে। অঙাওবা মতৌগুম, ইতাওগী মতৌ য়েংহৈদ্রে লোনথোক্তবা ইতাওনি ফারগা পুজখ্রো চীংগী লৈশাশিংনা অমুক খুমলকই।

তম্পাক লমদগী পাইরকপা খোইমুদি লৌনম চাওই হায়নৈ ইপা খুল্লাকপা লাকত্রিঙৈ তম্পাক লমদম পাংখ্রে । অসুম্না নুমিৎ অদুদগী কুঞ্জরা মফম অদু তোয়না তোয়না লাক্তুনা নোংমা তাখিবা খোঞ্জেল অদু থিরি। মথন্তা অমুকসু খনজে ঐসিবু ঙাওরবা হায়বদুরা? অসুম্না কুঞ্জরা মওং মওং খন্দুনা নোংম উখিবা উ থম্বাল অমদি উয়ুং পাম্বিগী ফৈরাদা তোংদুনা শাৎলিবা লৈশিং য়েংদুনা লৈরিঙৈদা চীংগী লৈশাশিংনা লোক্তা ঙা ফাবা লোক্তগী চেম্থরিবা তুরেল মরীন অদুদা লোং খোললকপদা শুক্লবা চীংনুংগী লোকনুংদা কুঞ্জরানা ঈয়াইদুদা লৈরিবা নুংজাও অদুগী মথক্তা ফমদুনা লৈরিঙৈদা চীংগী লৈশাশিং থেংনখি। থেংনরিবা লৈশাশিং অদু নোংমা খোলজে শকউদনা খোঞ্জেলনা পূক্লিং হূখিবা লৈশাশিং অদুনি কুঞ্জরা সুক্লবা চীংনুং অদুদা চীংগী লৈশাশিং থেংনবা অদু হায়নীংঙই লৈতনা ইকাই নুংশি য়ানখি। লৈশাশিং অদুগী মরক্তা অমনা হায়রকই মেরি নঙগী থম্মোয় হূখিবা শকউদবা নুপা অদো ঙসিদি প্রভুনা পীররে লৈশাশিং অদুগী মরক্তগী তোনু কৌবী অমনা অমুক হায়রকই ঙসিদি ঙাসু ফারকত্রবনিনা নুপা অসি ফারগা ঐখোয়গী খুন্দা পুরসি ইতাশা । হেক্তা হায়জনবনি শকউখিবদি নত্তে মেরি, নুপা অদু উবদা ঈশিং ময়াই অদুদা অহৌবা উপালগুম লেঙদনা তূমিন লৈরি, মখূৎনা পায়রিবা লোং অদু মখূৎতগী তখিবা খঙদে, লোং অদুসু লোক্কী ঈশিং ইচেলনা চেম্থখি । অদুবু মতা তোনুনা উরদুনা ঈশিংনা চেম্থখ্রিবা লোং অদু তান্নদুনা খুনলুই ।

কুঞ্জরসু নুপীদগী হেন্না ইকাই থীবা মীঙমদবা নুপা ওইবনা ঈশিং ঈয়াই অদুদা কুঞ্জরা হূমাং কারি অদুগা লোন্না লোন্না মেরিদা য়েংলী মেরিসু কুঞ্জরাদা য়াম্না মুন্না য়েংলি। মেরি খুনলাকপগী অমতা পোকচবা মচা নিংঙোলনি। লৈশাবী মপূং মরৈ ফারকপদা ঙায়রিবী পাখং কনা অমগী মীৎয়েং থমজদ্রিবনি অদুবু ঙসিদি হায়ফম তমফম

খংদবা ইরাং লাঙবা পূক্নীংগী মতৌ অদো মেরিগী মায়থোংদা তরকই। চীনবাল থোক্না নুংশি হায়দ্রবসু থম্মোয়নদি নুংশি ফোংদোক্লরে মীৎকা-মীৎকা, থম্মোয়গা-থম্মোয়গা, ফাওনরে তুমিন্না ৱা অমতা হায়দনা অহৌবা উপালগুম লৈরি, মতাংসিদা মেরিগী মতৌ অদুদা মতারোই মখৈ মীৎ ইনন্দুনা মেরিগী মতৌ অদু য়েংলি। মতাশিং অদুগী মরক্তগী অমনা নূংমচা অমা খুনলদুনা মেরিদা থাই, মেরিনা খংপ্রেক খংবা মখৈ য়েংথোরকপা অদুদা মতারোই ময়াম হৌনা নোক্লকই। মতাগী পূক্নিং খঙবী অহিং নুংথিল থাদোক্লদবী তোনুনা মতাগীদমক ইকাই ইকি থাদোকতুনা থৌনা ফানা নুপা অদুবু মশক খঙননবা ৱা কয়া নুপা অদুদা হংলকই, কুঞ্জরাসু নুংগুমনা ৱা লাং অমতা ঙাঙদনা লৈরম্বা কুঞ্জরাসু থম্মোয়গী ৱা অমতং খুমলকই নুপী অনি অহুম তিনলবদি নুপা অমা মাঙদা শমদুনা চৎপা ঙমদে হায়নরিবনি চীংমী নিংঙোল লৈশাশিং অদুগী মী য়াম্বনা ইকাই ইকী লৈতনা থম্মোয়গী ৱা কয়া থৌনা ফনা ফোংদোরকই কুঞ্জরাদি মথন্তনিনা হংলকপা ৱা খূদিংমক পাউখুম পীদবনা অয়াম্বনি । অদুবু কুঞ্জারা মেরিবু হেক উথিবা অদুদা থম্মোয়দা ফাওরিবা মেরিবু নুংশিজবা অমদি চীংমী নিংঙোলগা অমুক্তা ৱারী শানখিদবা অদুনা ঙসি চীংমি নিংঙোলশিংনা ৱারী শানাজবা ফংজবা অসিগী নুংঙাইবা অসি কুঞ্জরগী থম্মোয়না করম্না ফোংদোক্লসিগে? কুঞ্জরনা তাঞ্জা অদুমক্তদা থম্মোয়দা চাংদমনরকই, সুনোলতাগী ফজবগা চীংমী নিংঙোল মেরিগী ফজবগা খেৎনরীবসে করিদনো? তমদা শাৎপী লৈরাংগা চীংদা শাৎপী লৈরাংগা করিসু খেন্নবা লৈতৈ হায়বা পূক্নিংগী ৱারেপ অদু থম্মোয়না য়ারদুনা কুঞ্জরানা মেরিবু হেন্না নুংশিরকই, চীংমী লৈশাশিং অদুগী মরক্তগী তোনুনা মতা মেরিগী মিং তমগী নুপা অদুদা হায়রি ইতাগী মিংদি মেরি কৌবনে ঐগীনা তোনু কৌবনে । অসুম্না মতা অতৈগী মিংসু তমগী নুপা অদুদা মশক লোইনা তাক্লী । তোনুনা অমুক মখা তানা

হংলকই ; ইবুংগী মিংদি করি কৌবরা লমনা কদায় ব্রাইদগীরা? কুঞ্জ রানা তপ্না খুমলকই ; ঐগী মিংদি কুঞ্জরা কৌই, লৈফমদি ইচেক্কোলদগীনি । তোনুনা অমুক লক্করকই তমগী ইবুং নঙ মিংদি লোৎতেকো ? মিং লোৎপা মীদি হূরানবদনা লোৎপনি। ওইদবা ঙাঙবদি চীংমী ঐখোয়দি য়াদেকো? কুঞ্জরানা অমুক মখা তারকই ঐগী পুন্সিদা মিনম্বা অমত্তং ঙাংলকত্রি, তোনুনা হায়রকই অদুদি শক খঙনবা ওইনা ইতা মেরিনা ইবুং হায়না অমুক্তা কৌবীয়ু, ইবুং কুঞ্জরাসু ইচন মেরি হায়না অমুক্তা কৌবীয়ু অদুগা তালা পামেন উজাওদা শৈদাংদুনা মনীং তম্না শাৎলিবা শিংঙেল চারোং অমতং পাখং নখূৎনা হেক্লগা নৈশা মঙোন্দা খুদোন তম্বীয়ু, পুক্লিংদা ইরাং লাংবা লৈফম চাফম খঙদবা । কুঞ্জরা পোকঙৈদগী উ কারক্তে অদুবু ঙসিদি অপঙবা অঙাংগী মতৌগুম চাউখ্রাবা উজাও অদো কাগে তৌরকই । মদু উবদা মতারোই অমনা হায়রকই পূক্লিংগী লৈনি কারুদ্রসু মপীয়ু? মতাগী পূক্লিং খঙবা তোনুনা হায়রক্লীবদু মেরি পূক্লিং মকা লামলকই, পূক্লিং য়াব্রা চীনবন য়ৌরকই চীনবান মথক মখা খপ খপ চিংলকই মায়থোংনা লৈমাইদা লূকথরগা মীৎসনা অনি অদুনা শজি মীৎসনাগুম তথক্লা য়েংলকই মীৎকুপতুদসু মীৎচানরুই মহাক্কা তোনু মখোয় অনিগী মতৌ উরগা নুংঙাইবগী মোমোন মিনোক্কা হায়রকই কৈদৌরগে অদুম য়েংনদুনা অমুক লৈনরবদি । হয়েং নখোয় অনিগী অহানবা নুংশিনবগী শাখি ঐনা ওইগদৌরিবনি। মতাগী তকশনলকপা ব্রা অদুদা, হায়দবা য়াদবা অকনবা য়াথংগুম মেরি হন্দমক্তী হায়রগে লেপলে অদুবু মেরিগী পূক্লিংনদি হান্না নুংশিখ্রবনি ঐগী থম্মোয় হূরিবা নহাক কনানো হায়না মথন্তা থম্মোয়দা কয়ারক হংজরখ্রবনি পাউখুমদমক ঙাইরবনি অদুবু মেরিগী চীনবান্না হায়ঙমদবা অসিনি। মেরিগী অব্রাবা মতৌ অদু মতা তোনুনা উরকই তোনু তমগী নুপা অদুদা অমুক ওইশিদুনা অমুক হায়রকই থম্মোয়

শেংবীয়ু তমগী ইবুং নুপী হায়বসিদি মহৌশানা অপান্বা অনীংবা থুংগলদে নুপীনা হান্না নুংশি ফোঙনদে অদুনা নুপীগী অৱাবসে নুপা নখোয়সু খরা উফম থোকই, অসুন্না নুপীমচা মতিক থোকপা ৱা কয়া হায়রকই কুঞ্জরাসু অদুমঙাই নুপানি হায়বগী ৱানি নুপীমচা অমদা ৱা অমত্তা হায়বা ঙমজদে অদুননি কনাগুম্বীগী মফমদা লোল থোকতবা অমগুম নুশিংচৈনা খাঙজরিবা, অদুবু ঙসিদি কুঞ্জরা নুপীমচা অমদা নুংশি হায়দবা য়ারকত্রে। নুংশি হায়বা ৱাসিবু কয়াম লূম্বা ৱানো খঙদে ঐনা মঙোন্দা হায়ঙমদ্রিবা অসিনা! অসুন্না কুঞ্জরা মথন্তা মরুম মরুম সোনলি, অদুবু থম্মোয়গী পাঙ্গল অরৈবমখৈ ফুকতোত্তুনা হাইরকই। কুঞ্জরা ঐগী পূন্সিদা কনাগুম্বী অমদা ইচিনসিনা নুংশি হায়খিদ্রি অদুবু ঙসিদি ইচল মেরিগী মফমদদি থম্মোয়সে তূমিন্না লৈবা ঙমলত্তরে অদুনা ইচল মেরি ঐ নঙবু হায়ফম খঙদনা নুংশি। অসুন্না নুংশি হায়রগা কুঞ্জরা হায়ফম খঙদনা পূক্লিং নুংশিনা কপলকই । শিন্থারক্লীবা মীৎকী পি অদু চেন্থারক্লীবা লোক্কী ঈশিং অদুদা তারি। কুঞ্জরানা নুংশি হেক হায়বগা তোনুনা য়া হায়না নোক্লগা লোক মপান্দা হৌরিবা অনেম্বা উপাল অমগী কারোংদা তোংদুনা শাৎলিবা কদাম্বরি লৈ চারোং অমা থৎলগা মতা মেরিদা পীরে তোনুনা মতা মেরিদা পীরিবা লৈগী মরম মৈরিসু খঙই মেরি কদাম্বরি লৈ চারোং অদু তমগী নুপা অদুদা পীরি। অদুগা অসুন্না হায়রকই তমগী ইবুং লৈসে লৌ চীংমী নিংঙোলনা তমগী ইবুংবু য়াম্না নুংশি অসুম হায়রগা খোঙফম লেঙদনা লেপলগা মীৎতগী পি তরকই শিন্থরক্লীবা নুপীমচা অদুগী মীৎকি পিদো উরকই মখোয় অনিগী মওং মতৌ অদু মতম কুইনা কায়নরুবা মওংগুন্না ৱাদি অমত্তা ঙাঙনদনা মীৎকী পিদুনা ৱাহং পাউখুমলি । অসুন্না ঙাইহাক লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা নোং চুথরকই, নোংনা ৱা-ৱা চুরকই ঙাইহাক লোক মপান্দুগী উখাদা নোংদো চোৎতনবা তাংই অদুবু নোং চুবা খঙদে অহানবা শকখঙনবা

নুমিৎসিদা মখোয় অনিদি। তোনুদি নোং তাংনবা লৌতাংশঙদা কাখৎনবা হায়রকই।

পুন্সিদা য়ূম পাল্লরোই হায়না খন্দুনা নুপী অমত্তবু হন্না য়েংজদবা মীওইবা কয়া অমসু মাগী মাগী চানবা পূক্লিংগী অপাম্বা লাক্লবদি ফনা চহি য়াম্লবসু নুংশিবদা ঙাওদবা নত্তে। নুংশিবা ইখঙ খঙদবদি নত্তে, কুঞ্জর, পুন্সিগী অহানবা থম্মোয়গী লৈয়োন্দা নুংশি লৈরিক্লা লৈকা খুদিং অয়ুক্কী লিক্লাগুম তরু-তরু লৈজরম্বা কনাগুম্বা অমগী নুংশি শকতম অদো চীনবান য়ৌঙমদনা তনিক, তনিক, লৈরিঙৈদা মরুপ অমনা থৌনা ফনা ফোংদোকরকপদগী পূক্লিংনা কয়াদা নুংঙাইরিবা অদুবু লুরিবদি মতম ফত্তবনিনা চীংদা তোয়না চৎলগা মেরিগা উনবা য়ারকতবা অসিনি, খুন্দুগী পাখংশিংনা মৈতৈ পাখংনা তোয়না লাকপগী মরম থিরকপা অসিনি, চীংগী নিংঙোল মেরিদা খুনগী পাখংশিংনা তোয়না হংলকপদা মেরিনা ফনা য়াম্না থৈদুনা খুমলগসু মেরিগা মরী লৈনৈ হায়বা খঙলকপা । মপা খুনল্লাকপনসু মচা নিংঙোলবু থিংলকপা মমা খুলাকপীনা মচা নিংঙোলবু চৈবা য়াবা চৈরগসু অহোংবা উদবা, খুনলাকপীনা মচা নিংঙোলবু খঙই, মমা ঐ পূকচেল শোয়দনা চেলগনি মহাক ঐগী ইচা নুপীনী অসুম্না মমা খুনলাকপী মচা নুপী মেরিবু মুন্না য়েংলগা মচা নিংঙোলদা অসুম্না হায়রকই ইমাগী ইমোম মতম ফত্তে, চীংগী নহারোলসি কাংলুপকী ইরাং শাগৎলই, মসিদা ইমোমনা তম্পাক্কী মৈতৈ পাখং খুন অসিদা তোয়না লাকহনবা অফবা করিসু লৈরকলোই, মীগী মচা পাখংদো নসুং লাংগী খুদোং থীবা নংজনি। নহাক পাখং অদুগী থম্মোয় মশক চপ চানা খঙলবরা? খঙলবদি নহাক্কী পূক্লিংসু অরেপ্পা লৈয়ু ইচাগী অনীংবা পূক্লিংগী অপাম্বদো থুংজৌ, ইমাসু নিংঙোলনি অদুনা নখোয়গী নমা ওইরক্লীবসিনি, ঐখোয় চীংমিনি চীংদা সুম লৈতবা য়াদে হায়বা প্রভুগী য়াথংসু লৈতে। মতমগী মতুং ইন্না অনৌবা পুন্সি

কয়া শেমগদৌবনি মমাগী ব্রাহৈশিং অদু তাবদা মচা নিংঙোল মেরি অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা থম্মোয়দা মঙাল ফাওরকই লাপনা য়েংথোকখিবদা লোক অমগী ব্রাংমদা চীংমাই অদো থুংনা চাক্লীবা লাম্মৈগী মৈরিদো য়েংলাগা মমাদা হায়রকই ইমা, ঐখোয় চীংমিশিংনা হিংলিবসে তম্পাক্কদি য়াম্না খেন্নৈকো ? তম্পাক্কী মীংশিংসে মবুক ফবা-ফত্তবা মীসু লৈরমগনিকো। মমানা মচাগী ব্রাহং অদুদা খুমলকই ইবেম্মা মী খৃদিংমক লোইনা ফবা নত্তে, চীংমী ঐখোয়সু তৌরিবসিনি করিসু খেন্নবা লৈতে । মমানা মচাগী অনীংবা পাঙথোকচরো হায়না য়াথং ফংলবদা মমা খুনলাকপীগী ঙকশমদা শিরিবা লিক্লাং পারেং অদু মখূৎনা পায়দুনা শান্নরগা মমাদা ঙাথদুনা অসুম্না হায়রকই ইমা অপোকপীগী য়াথং পীনবীরো হয়েং ইনুং ঙানবগা তমগী পাখং মতুং ইনখ্রগে পালেম ও, হয়েং ঐনা চৎখ্রগা পলেম নঙদি পন্থৌ খুনলাকপগী অকন মীচৈ ব্রাবু তারনিদো পলেম ও। নঙগী পন্থৌ খুনলাকপনা চৈবদি চৈজসনু হৌনসান্নি নিংঙোল পোকপগী । অদুবু -- ইমোম "মচাবু কোনসিন্দুনা কপলগা হায়রকই" ইমানা ইচাগা করম্না কায়নগনি নিংঙোলনি, হৌনসানি হায়ববু ইচা উদনা ইমানা চীং লৈবাক অসিদা করম্না মৈচাক অসি খাঙদুনা লৈহৌগনি? "মমাগী মতৌ অদুদা মচানা পূক্লিং নুংশিনা কপলক্লগা অসুম্না হায়রকই অদুগী ব্রাদি পলেম ও ইমানা চীং লৈবাকশিদা লৈরগা ঐনা তম্পাক লমদমদা করম্না লৈগনি? অসুক ব্রাবা মৈচাকসিবু মীদি তৌদবরা পলেম? অসুম্না মমা মচা চীক্লা পাউমেন্দুনা ওন্না থোইনা মমা মচাগী নুংশি মরী চিংথোক্লরি। অসুম হায়না- হায়না মমা মচা অহিংদুমা তূম্না-তূম্না ব্রারী শাবদা নোংঙাল্লমদায়গী অহানবা য়েন খোংলকই । চীং ওইবনিনা য়েন খোংবা অদো খোনথাং য়ৈরি। ঈংবা নুংশিৎনা রিরি তপ্না তপ্না শিৎলি । নুংশিরবা লৈহাও লৈরেলগী লৈনম পূদুনা মরক মরক্তা য়েংলি অরাপ অপরাপ্লদা খোংবা শাসিংগী খোঞ্জেল তারি, থাবলগী

মঙালদা নোং ঙালক্লে, মেরি অহিং চুপ্পা মীৎ উইশিন্দুনা নোংঙলকপা অদো হরাওই অয়ুক অঙনবা মতমদা কুঞ্জরাদো লাক্লী খুন্দগী থোক্তুনা গাড়ি লম্বীদা ঙাইরম্মু হায়নখিনা ঐবু ঙসিদগী তম্পাক্কী পাখংগা পূন্সি খোংলোই শেমগে হায়নখিবা ঙসিনি। অসুম্না মেরি খন্না-খন্না অহিং নোংয়াইদগী হৌগৎতুনা মশা পুন্বা কে মৌদুনা ফজবা কিজেৎ কয়া পুথোক্তুনা মশাগা চানবা ফি, কয়া হোং হোংদুনা সেৎতুনা য়েংলি মাঙদা লৈরিবা শকয়েং মিংশেল অদুদা মশা অদু লৈ, লৈদুনা তুং মাঙ ওন ওন্দুনা মশাগী তুংদী মপুং ফানা উদবনা খরা চিংনৈ। অসোয়বা লৈবরা খন্দুনা। ইমুংদগী মপান্দা অমুক থোক্তুনা য়েংলি নোংঙালদোইসিবু কয়াম ব্রাৎলিজাৎনো ? অহাংবা অতিয়াদা থা মদোম লৈরম্বা অদো উবদা পূক্লিং ইরাং লাঙ মেরি পূক্লিং খঙনুং নুংশিরক্তুনা মাংগোল ডারিদগী সুমাঙদা কূমথদুনা নোংচুপ লোমদা লৈথরবা ফাইরেলগী থা অদুবু য়েংলি ফাইরেলগী পূর্নিমা মতুং নোংমা কোনবানি। অৱাংবা খুনগী চীংদোন্দগী য়েংখিবদা উরি। ফাইরেলগী লৈচিলনা চীংদোল অমদগী চীংদোল অমদা পাইবা অদু উবদা মেরিগী পূক্লিংদা মওং মওং খনলি, অদুবু লৈচিলগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা লৌনম চাউবা মৈতৈ পাখং ওইরিদ্রা ? অমুকসু খন্থে মিনম্বা ঙাঙবা লৌনম হৈবা মীদি নত্তে, মথন্তা অমুক শোনজৈ অদুবু মীগী পূক্লিগী ৱাবু ঐনা করম্না লোইনা খঙগনি, শকখঙনবসু চহি অহুমতা ঙায়রি চহি খরা অসিদদি য়াম্না ফবা চম্বা ৱাঙাং শাঙাং খুদিংমক ইচম চম্বা ঙাক্তনি, অদুবু প্রভু। মাগী থৌজাননি, চীংমী নিংঙোল মেরি ঐবু থৌজানবীয়ুকো হে পভু অসুম্না ঈশ্বরদা নিজরি। অদুবু ঈশ্বরনা করি তমলিবা হায়বদুমদি কনাসু খঙবা ঙমদে। হায়নখিবা নোং ঙাল্লমদায়গী পূংফম ওইরক্লবদা মেরি ইমুংদগী মপানলোম থোক্লগে খনলক্লে পূনীংবা ফিরোল খরা খাউদা হাপচনলে, মপাম লমদম থাদোক্লনি খনলুবদা পূক্লিং নুংশিরক্তুনা মমা অপোকপি মনাক্তা

চঙলক্লে। মমা অদুসু নোংঙালমদায় অদুব্রাইদা কন্না তূমথখরে। মমানা তূম্বা অদু উবদা মচা নিংঙোল মেরি মমাবু হৌদোক্লমদনা মমাবু চিংনা য়েংলগা মমাগী মমায়দা খূৎনা তপ্না নাল্লম্লগা থোরক্লে। অপোকপা মপা পান্থৌগী কাদা অমুক চঙদুনা মপাবু অমুক খুরুম্লম্মি। অসুম্না শোন্দুনা হে পন্থৌ অপোকপা খুনগীদি খুনলাকপা নচা নিংঙোলবু ব্রারৌনু নিংঙোলগী মপোক ওইরুবনা পন্থৌ সঙ্গাই থাদোক্লেগে অসুম হায়না মেরিনা মপা খুনলাকপবু খুরুম্লগা য়ূমগী থোঙ হাংদুনা মপান থোরক্লে মেরিনা হেক থোঙহাংদুনা থোরকপগা মতা তোনুসু মতাগীদমক থব্রাই ব্রাবা য়াওদুনা ফিংনা প্রপ-প্রপ লাকই। তোনুনা লাক্লিবা অদু মতা মেরিনি হায়বা খঙলদুনা মাঙ্গোনদগী প্রপ-প্রপ কুমথদুনা মতা তোনুগা কোনশিন্নে মেরি হিক হিক কপলকই, মরিগী মতৌ অদু উবদা তোনুনা হংলকই। ইতা মেরি নঙ হৌজিক করি খনলিবনো?

ঐ হৌজিক চৎপা থোরক্লবনি মহাক শোয়দনা ঙাইদুনা লৈরমলগনি।

ফরে অদুদি চৎলো নোংসু ঙানগদৌরে নোং হেক ঙানবগা খুনগী ইবুং মোরুংগা লুহোংনবগিদমক ব্রারোই শা কোংদুনা খুলগী মীয়াম লাঙলনি। অদুনা ইবুং মোবনা নহাকপু কূপ্না শেন্নদুনা লৈরিবনি করিগুম্বদা খঙখ্রবদি ইতা মেরি করিসু অফবা ওইরকলোই? ঐদি ঙরাং ইবুং মোবনা ব্রাতা অমা তৌই মরম খরা খঙবা মানলি অদুনা নহাক্লা লেপ্লুনা অসুম্না লৈথোকপা য়াদ্রে চৎলো ঐসু পন্থোংফমফাওবদি থিলদোককে। মেরিনা অমুক মখা তারি। তোনু ঐগী মরমগীদমক পলেম অপোকপি খুনলাকপি পন্থৌগী অকনবা মীচৈরক্লবদা ইতা নহাক্লা ঐগী মহুৎ সিন্দুনা পন্থৌগী পূকপু থেমবীয়ু অসি হায়রগা হিক-হিক কপ্লকই। মেরিনা কপ্লা উরগা তোনুসু কপ্লকই কপ্না-কপ্না তোনুনা হায়রকই হিংনা হিংনা কায়নবগী মৈচাকসিসু ব্রাইকো?

মেরি মতাগী মতৌ অদুদা অসুন্না হায়রকই। ইতা তোনু ইবুং মোরুংবুসু নঙনা শাওদনবা থেম্মু, নঙনা ঐগী মহুৎশিন্দুনা ইবুং মোরুংগা নঙগা লুহোংলকউকো অসুম হায়না হায়না খুনগী পম্বোং য়ৌরকই পম্বোং য়ৌরক্লবদা মেরিনা মখা তরকই পম্বোংসু য়ৌরে? তোনুনা খুমলকই ইবুং মোরুংনা নুংশিবা খুনসিদা অমতা লৈতে ইতা মেরি নত্তনা, মেরিগীদমক মোরুং য়াম্না শাউই মৈতে পাখংগা মরী লৈনৈ হায়না করিসু খঙজদবা মৈতে পাখং থব্রাই লৌগনি হন্দকমুক লাক্লবদি হায়দুনা ব্রাশক্তুনা লৈরিবনি। নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি ইবুং মোরুংগী মতৌ? ইতাদদা নত্তনা ঐঙোন্দা ফাওবা য়াম্না শাউবনি মৈতে পাখংদা শীনবা য়াওই হায়না অদুনা ইতা ইবুং খঙখিবা য়াদে চৎলো ঐসু ফমুংদা চঙদুনা তূমশন্নরুখিগে, চৎলো ইতা মোরুংনা মতা তোনুবু চীক্লা য়েংলগা হায়রকই। ইতা তোনু পম্বোং লানলমদায়সিদা মীৎসে কন্না চোংই য়েৎ থংবা পাম্বোমসিসু চোংলকই নঙসু হনখ্রো মহাকসু ঐবু ঙাইরমলনি মহৌশা উনফম লৈহাও পাম্বী মখোঙদা ঙাইরমগে হায়রম্বনি। অসুম হায়রগা মেরি পম্বোং লানলাকপদা মশাদা ইনলিবা ফিজি অদু পম্বোংদা পন্দুনা য়ানলি। পনলিবা ফি অদু তোনুনা লৌথোকপিরকই অদুগা খূৎ হাইরকই কায়নরসি হায়না, থম্মোয় নুংদা কপ্লকপনা খোল থোকপদি ঙমদ্রে মীৎলু পিরাংগা লোয়ন্না খূৎ হাইরমলগা য়ুম লোমদা চেল্লক্লে খুনগী মী উখিবা তরে হায়দুনা। মেরিসু নোং ঙাঙলকপা তারে হায়দুনা ঙাইনসি হায়নখিবা মফম তম্না চেল্লকই। সোমদনা কুঞ্জরানা ঙাইরি, অহিং মতমদগী ঙাইনসি হায়নখিবা মফম অদুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা পূক্লিংদা লাংতক্লনা তঞ্জা অদুমক্তদা ওইথংবা খূৎ পাম্বোমদা চোংলকই হায়রিঙৈ তঞ্জা অদুমক্তদা কনানো অমদি চেল্লকপা অদু উরকই। মুসি মুসি ঙাললিবা থাবল মঙাল অদুদা লাপ্না উরকই, পূক্লিংদা অমুকসু চিংনরকই অতোপ্পা মীরা? নত্রগা শাথীবা শাশিং ওইরিগদ্রা হায়না? চেল্লকপা শাহুম অদু

নতশিলকপদা পূক্লিংদা অকিবসু ফাওই কুঞ্জরা চিংনবনা লম্বীদুগী অসোঙবা ময়া অমদা লৈসন্দুনা লাক্লীবা শাহুম অদো য়েংই। মেরিনা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্বা মখৈ চেল্লকই লৈহাও মখোঙ য়ৌরকপদা চেল্লকপা লেপ্লগা মেরিনা শাংনা কৌরকই। মেরিনি হায়বা খঙলক্লবদা কুঞ্জরানা অসোঙবা মরক অদুদগী মেরি হায়দুনা কৌদুনা চেনসিলকই মখোয় অনিমক চে-চেৎ কোনসিননৈ ব্রা অমতা ঙাঙনদে হিক-হিক হায়না কপ্নরকই, মেরিনা হায়রকই দাদা মফম অসিদা লৈবা য়াদ্রে চৎহৌরসি নোং ঙানদ্রিঙৈদা তম্পাক লমখাই য়ৌননবা কুঞ্জরা মেরিগী খূৎদাং পায়্রদুনা লম্বী অদুদা প্রপ-প্রপ লাকই, খরা চৎলগা মেরিনা হায়রকই। দাদা অরোলবা লম্বীদ, চৎখ্রসি মসিগী লোক লম্বীসিদা কূমথসি হায়না মেরিনা লম্বী চিংলকই ফানা শাংনা চৎলবা মতুংদা লম্বীদা খুৎলাই পায়বা নহা খরা থেংনরে অদু উবদা কুঞ্জরা অমসুং মেরি পাখৎলি । লৈরমলিবা খূলাই নোংমৈ পায়বা নহা খরা নোংমৈ মচীনশিং অদু মেরি অমসুং কুঞ্জরদা ওনশিন্দুনা প্রপ-প্রপ চঙশনলকই । মেরিনা হান্না পাখৎনা হংলকই। নখোয় কনা কনানো ? খূৎলাই পায়বা নুপা অমনা হায়রকই নখূৎ থাংগৎলু ? মখোয় অনি মখূৎ থাংগৎলি । নুপা অমনা হংলকই নখোয় কনা কনানো ? কুঞ্জরানা খুমলকই। ঐনা মৈতৈনি । নপীমচা নঙদি ? ঐদি চীংমীনি। নোমৈ পায়বা অমনা হায়রকই মখোয় অনিগী মশাদা করি করি য়াওই য়েংঙু। য়ানলিবা খাউসিং অদুসু য়েংঙু ? নোংমৈ পায়বা অমনা চঙশিনলগা মখোয় অনিদা চেক তৌই। অদুবু নুপী অদুদদি পায়নীংদবা মশাদা পায়রকই নুপী ওইবসিংগীদি ঈজ্জৎকী মশক ওইবসিংদা । মদু মেরিনা পায়হননীংদদুনা হান্নরকই । নখোয় ফত্তবা মীরা ? নুপা অমনা করেম্নবা হৌরকই । মশক্সু য়াম্না ফজৈ? নুপা অমনমক, নুপী নঙদি করি জাতিনো? খুন্না কদায়দা তাবরা? মেরিনা থম্মোয় শেংনা খুমলকই । ঐহাক অব্রাং থংবা চীং অসিদা তাবা খুন অসিদগীনি

খুনথক খুনলকপাগী মচা নুপীনি। অসুম্না মেরিনা খুমলকপগা নুপা অমনা অমুক হংলকই। নখোয় অনি চেলবরা? করেমনবা ৱাঙাঙদুদা অশাওবা ৱাহৈগা লোইননা। মানি ঐখোয় অনি চেলবনি, ঐনা পাম্বা মৈতৈ নুপাদা । নোংমৈ অতেনবা পায়বা তুপি উপ্পা নুপা অমনা মেরিগী মশাদা পায়দুনা করেম্নবা হৌরকই । নঙদি ঐখোয়গী জাতিসু নত্তে, নশকসু য়াম্না ফজে নোং খরা খরা ঙাল্লকপা অসিদা নঙগী নশকসে চাবা হাউগদবা মাল্লেনে? অদুনা ঐখোয় নুপা তরামঙানা নঙবু মহাও য়েংবা তারে, ঐনা ইহান হান্না য়েংগনি নঙগী নশাগী মহাও ফজদবা ৱাঙাঙগা লোয়ননা নুপী মচা অদুগী ইনলিবা ফিদো চিংথোকই ফুরিৎ চিংথৎলি। মদুদা মেরি শাউদুনা ফি চিংথোক্লীবা নুপা অদুদা তিন সিৎচনলি । মদু উবদা নুপা অমনা মেরিদা নোংমৈ মচীন্না মেরিগী মশাদা লোইনা অদু উবদা কুঞ্জরা শাউবগী ঙমখৈ লৈরকতরে শিবা কিরকতরে। কুঞ্জরানা নোংমৈ পায়বা নুপা অমনা কুঞ্জরাগী থবাক্তা নমলিবা নুপা অদুবু কুঞ্জরানা খোঙনা কাওরগা নোংমৈ মুনগে হোৎনৈ। অদুবু করি উপায় লৈরি মখোয় নুপা তরামঙানি । মৈতৈ নুপা অদু মখোয় ময়াম্না মীনুংশি য়াওদনা ফুবা হৌরকই, নুপী মচা মেরিবুনা মশাদা মফি অমতা য়াওহন্দনা মখোয় নুপা তরেৎমক্না মেরিবু নুপী ওইবগী ঈজৎ মাঙহনলি মীওয়বগী মীনুংশিগী ৱাংমদা। তমথীনা ওৎলিবা নুপী মচা অদুগী মওং অদো, কুঞ্জরবু অমুক য়েংহনলি। নুপী মচা অদুদা ওৎলিবা তমথীবা মওংদো উবদা। কুঞ্জরা ফূবগী চৈনানা লেঙবা ঙমদ্রবা মীৎফাওবা পাঙবা ঙমদ্রবা মহাক্না ফগ্রবা মখোয়বু তমথীনা ওৎলিবা মখোয় নুপা তরা মঙাবু লোইনা হাৎনীংবগী থৌনা লৈরকই অদুবু মশীংলকঙমদনা ফূরকপনা শ্বর হোনলি হায়বদা মঙায়রে উপায় লৈতরে। মখোয় নুপা তরেৎমক্না নুপী মচা অদুবু ওৎপা উরগা কুঞ্জরাবু শিনিং চিৎতা ফুরিবা নুপা নিপাল অদুবুসু নুপী মচা অদুগী হকচাং অদো ওৎননবা

হায়রকই। মফি য়াওদ্রবা মেরি অশিবগুম তাদুনা লৈরিবা নুপী মচা অদুবু হন্না হন্না নুপীগী ঈজৎ তমথীনা মাঙহনলি। ফত্তবা নোংমৈ পাইবশিং অদুগী লুচিংবা তুপি উপ্পা নোংমৈ অতেনবা পায়বা অদুনা মৈতৈ নুপা অদুবু লোকখাদা ইন্থাখি অদুগা অসুন্না হায়, মৈতৈ মবুক ফত্তবা ঐখোয়বু অমাংবনি হায়বা মৈতৈ নখোয়গী নথক্তা ঐখোয়না লান্দবা হৌরবনি খঙঙু । শেংদি শেংদনা অসেংবা শাবা মৈতৈ। মখোয় নুপা তরা মঙানা লমজা লমথেৎপীরিবা মেরি মহাক্কী মমাঙ মক্তাদা নুপা অদুবু লোকখাদা লংথখ্রবদা মেরি ব্রাবনা শ্বর খক্তা হোল্লিবা নুপী মচা অদো শাউবগী ঙমখৈ লৈরক্তরে পৃথিবীদা লৈরিবা নুপা খৃদিংমক নুপী মচা মথন্তনা লোইনা হাৎপগী থৌনা লৈরম্মী, অদুবু করিদি লৈরি উপাই । মখোয়না তৌরি মখৈ য়াবা নত্তনা । অসুন্না মেরিবুসু মখোয়না শান্নানীংবা মওংদা শান্নবা লোইরগা মেরিবুসু মফি য়াওহলদনা লেপ্পা ঙমদ্রবা মশা অদো লেপহল্লগা মখোয়না উজাওদুদা ঙাথহনলগা থমলমলে শিরমদাইদা নীংশিংলকই পন্থোংদা ফি পনবা অমসুং, অপোকপি মমাবু নিংশিংলকই ।

## ১২ শুবা শরুক

নেংয়াইগী য়ূম লুহোংলমদাইগী হৌনবী শেমজিন শাজিনলি য়ূমবুদি হান্নগী চেক্কী য়ূমনি মথক মখা অহুমনি, অনৌবা অমুক শাবদী নত্তে য়ূম অদুবু অনৌবা রংনা ফজহল্লি। অসুম্না নোংয়াই মচা নোংদম্বা লুহোংলমদইগী য়ূম শেম শাবা লোইরে। হৈকোল লৈকোল কয়াসু লোইনা কেবীরে। শেমশাবীরে অঙৌবা সুনূনা হৌরিবা হৈ-লৈ অমদি হৌরিবা থোঙ্গালগী ঊ পরেং পরেং অদু অঙৌবা সুনূনা ফি শেৎপগুম লোইনা শেৎচনবিরে য়েংবদা কয়াদা নিংথিনা ফজরিবা। ফজরবা হৈকোল লৈকোন্দা হনগৎ হন্দা চৎতুনা য়েংলি নোংয়াইনা মচাগী মমৌ লাকলনী হায়বগী অনৌবা আশাগা লোয়ননা। নোংয়াইনা য়োকচবা ওই, মীনাই ওই, লৈরিবা তোম্ববু কৌরগা হায়রকই, হাই তোম্বা। লৈকাইগী বার্তন তৌবা লোইখ্রব্রা ? তোম্বনা খুমলকই, লোইজখ্রে বাবু। নোংয়াইনা মখাতনা হংলকই কন্যা মমান্নবীনা চানবা অথুম অহাও শিংদো নিংথিনা ফজনা শেম শগদৌবনি। হায়য়ু চানা থক্লবা হোৎনরিবা বামমোন শিংদুদা নিংথিনা হাউগদবা মওংদা। তোম্বনা খুমলকই হোৎনজরি অমতা শোয়দনবা, নোংয়াইনা মখা তানা হায়রকই, নঙগী বাবু নোংদম্বগীদি করি করি অৱাৎ অপা হংলবরা? খরা ৱাৎলিবা অদু হায়েং হোৎনরসি হায়রে বাবু। নোংয়াইনা মঙদ্রং শাগৎলগা নোকমি নোকমি তৌরগা হায়রকই, লাউনে তোম্বা ঙাইহাকসু ফমসি নিংথিনা ফজরবা ঐগী য়ূমসিদা ইমৌ মশক ফজরবী অদুনা ইসুগীদম টুপি লোন্দুনা মঙ্গোল কাসিদা ফমলগা লৈবদো হাইফেৎ ফজনিনে হা তোম্বা ? নোংয়াই ঐসু ফজবদা হাইফেৎ মীনা ঙাওনরিবনি, নোংদম্বসু ঐগী ইচানি, অৱাৎপা লৈতেনা অসুম্না নোংয়াই মশাগী মতৌবু মথন্তা থাগৎচদুনা মশাগী

নাপন অমদি তৌরি: লেঙ্গয়াই ইনাক খুনবা লৌয়াম চাবা হাইরেং পৈশা পায়বা নুপা অমনি। লমদম অসিদা ইনাক খুনবা নুপা হায়রগদি নোংয়াইনি মরম অদুনা নোংয়াইবু হায়রগদি লোইনা কিনৈ। মনা হায়বা লোইনা ইনলি মরমদি নোংয়াইগী মরল চাদবা খুন অদুদা লৈতে। উচেকোন লৌকোন হায়রগা খঙনরিবা লৌ মখৈ নোংয়াই মাগীনা অয়াম্বনি মরম অদুনা খুন অদুদা নোংয়াইগী লৌ উদবা লৌমী ইঁরৈ লৈরমলোই অদুদসু নত্তনা ইনাক খুনবা মী হায়বসিতবু মীনা খরা কিগনলি। ইনাক খুনবগী মী ব্রাৎতে। মরম অদুনা নোংয়াইগী থবক অমা থোক্লী হায়রবদি কনাসু হাইনরুবা তৌদনা হংবা লাকপা মীতনা ক্রিক-ক্রিক ইন্নবা মখৈ লাক্লরি।

অসোমদনা কমদোরি সুনোলতগী ইমুংদি মাঙগারকপগা চপ মান্নৈ। হয়েং নোংহেক ঙানবগা সুনোলতাগী লুহোংবা নুমিৎনি নহান মখৈ ইরাঙ লাংলম্বা থম্বালঙাংম্বী মচানুপীবু য়েংলগা লোন্না লোন্না কপলি। মপানা নৌনা হুন্দোকলম্লবী ইচাশিংনি, মপা অদুদং লৈজরমলবদি ঙসি ঐনা অসুক য়ৌনা ব্রারীবসে ব্রারমলোইকো? নৌনা লুখ্রবী ওইহৌরবী ঐগী ইচাসিং ঙসিদি লোইনা মপুং মরৈ ফারক্লে। লাই ওইখ্রবা মপা ইবুঙো নহাকপু উদ্রব্রা নচাশিংগী মতৌসে? অসুম্না তেংথারি থম্বাল ঙাংবী। অসুম্না লৈরিঙৈ সুনোলতগী মনে ব্রাবগাইদা লৈবী অদুনা চঙশিনলক্কুনা অসুম্না থেম্মি। করিগী কপলিবনো অঙাং মমাঙদা। মনে ঐখোয় ময়াম লৈরিবসিদি ইমৌগী করি ব্রাৎকনি। থম্বাল ঙাংবীনা পূক্লিং নুংশিনা হায়রকই লুখ্রাবী মমা ঐনা য়োকলকপদা শেৎপা চাবা মনীং থুংলকতবা শিংদো খনবদা লাইরবী লুখ্রাবী ঐগী থম্মোয় অসি পুবা ঙম্লত্রে। নোংমতসু মমা ঐঙোন্দা সিমা চাগে, সিমা শেৎকে হায়বা নোংমতা পন্দে মমা লাইরবি লুখ্রবীনি খন্দুনা। নিংঙোলগী হৌনবী ওইবনা মমা ঐবু থাদোক্লমদুনা অতোপ্পা সাগৈদা চৎখ্রগনি খনলুবদা ঐগী থম্মোয়সে

পুবা ঙমলভ্তরে। অসুম্না হিক হিক কপলগা ফমুংদা ফমথখি। মনেনা হায়রকই থম্বাল ঙাংবীগী মতৌ উবদা করিসু খনলুনুসে নিংঙোল ওইবী ঐখোয়গী হৌনবীনি, ঐখোয়সু অসুম্না লাকখিবীনি। হৌনা শানি নিংঙোলগী। কপকনু ইমৌশিং উরগা নুংঙাইখিরোই ঐসু থেঙলে চৎলগে, হয়েং নুপা ময়মগা অদুম লাকমিনরগে। লতানা, ইনে য়াইফবা পৃংফমদুদা চপচানা লাকমিনরৌ। মনেনা খুমলকই, ঐখোয় ৱাবগাইদুদা নুপা ময়ূমদো হাইফেৎ ইনাক খুনবা ইমুংনি। ইন্থে ক্লা ফজনা হোৎনখ্রাবা পোৎনি। কন্যা মমানবীগা চাননবদো বামোল মরি মঙানা হোৎনরিবনি। অসোমদসু ইমুং মনুংগুম্বনিনা ঙাইহাক য়াওরুদবা য়াদবনি। ইমৌ লুহোংবদবু চোপ্পা য়াবরোদো? অসুম্না হায়রমলগা চৎখিরম্মই।

সুনোলতদি পৃক্লিং ইনৌ নৌই উরু উরু খৃদিংমক পকনুংদা নুংশি পংকপতা কপনীংই। খনলরোই খনবনি য়াদে, নীংশিংবনা হেনলক্লী অশেংবা নুংশিবনা লাপনখিবা তারব্রা? শেমজরিবা পূম্নমকসিবু নুংশিবগী নত্ররা? অসুম্না মওং মওং খন্দুনা নিংঙোল কাদা কপলি। খূৎনা মায়দা খুমদুনা মায়না মোন্দা উপসিনলগা হিক-হিক কপ্পা মতৌ অসি উবদা মনাও নুপী লতানা মচেগী মনাক্তা ফমথরগা মচেবু কোনশিল্লগা কপলকই, কপনা-কপনা মচেদা হায়রকই ইচে নিংঙোল কাসি নুংশিদরা? নিংঙোল ওইবী ঐখোয়সিবু অসুম্না লোইনা কায়নদৌরিব্রা ? মনাও নুপীগী ৱা তারগা হেনলকই সুনোলতা কপ্পা হিক হিক খোঞ্জেল থোক্লা। কপ্পা-কপ্পা সুনোলতনা মনাও নুপীদা হায়রকই করিগুম্বদা দা নোদম্বা উনরবদি অসুম্না হাইবীয়ু ইচেদি তশেংনা লালখিদবনি হায়না, কায়নরমদাইগী অরোইবা মীৎকুপসিদা অমুক্তংদি উননীংলমবনি। অদুগা লমদমসিবু কোনলিবা ইপা ইবুংঙো শিবা মহাদেবনা শাখি থমলগা শকনখিবা নুংশি ৱাশক অদো কনানা কায়হনবনো? ঐগী ইরাতাদি নত্তবরা খনলি ? শিব মহাদেবদি নীংবু

নীংলবা থুংদবা লৈতে হায়নৈ। অদুনা চীংঙু শিব মহাদেবনা থৌজানবীবা ওইরসনু? অসুম্না মনাওনুপীদা নিংঙমদবা ৱারি কয়াদু শারী। মমানবীগুম মনাওনুপী লতাদা পূকমোন পাওমেনরি। মহৌশাগুম নুপী মসেলদি কোইনগলদে মমা মচা অরোল অথুপ থমনদে। অদুনা মহৌশা নোংদম্বগা সুনোলতগা লৈনরকপা নুংশি মরি অদু চীথদনা লীরি । অদুবু লোইনা শেংনা লিরব্রা হায়বদি খঙদে মরমদি হায়নবা লৈ, লৈদগীসু হেন্না থোৎপা নুপীগী থম্মোয় নূংদগীসু হেন্না কনলি হায়বা লৈ । সুনোলতা অমম্বা অথেঙবা কয়া নোংদম্বগা লোয়নখি। মসিমক্না সুনোলতগী থম্মোয়বু খূৎদুম চনখ্রবরা হায়বদি চনখিদে অদুবু চিংনবা কয়া অমা লৈতবদি নত্তে, নীংনরিবা অসিনা চুমলব্রা হায়বদি নত্তে। কনানা খঙ্গনি মীগী পূকচেল নুংশিবনা খম থেংলবদি ফি থোংদে ইকাইনদে, অসুম্না নুংশি লম্বীদা মতম কুইনা শাংনা পাখং লৈশাবী ওইনা নুংশিনরকপা ঙসিদি কায়নবা তারবরা হায়না অখঙবা মীনা ঙাঙনৈ। সুনোলতাসু তশেংন্না নোংদম্বাবু নুংশিদবা নত্তে অতোপ্পা অমদা থজবা অদুদা তঙাইফদনা য়াখিবনি।

নুংশিবনা পনথুং য়ৌরমদাইদা নোংদম্বনা খঙহৌদনা অতোপ্পা নুপী অমা চেল্লকতুনা লুহোংনবা নুমিৎ লেপনখিবা অদুদা সুনোলতগী থম্মোয়না করি ওইরমগনি থম্মোয় পুবা ঙমদনা লৈরিঙৈদা সুনোলতাগী মনেনা অতোপ্পা নুপা অমগা হায়না শীংনখি। তনজা অদুমক্তা নোংদম্বগী মপানা করেম্নবা মানবা ৱা খরা হায়রকখিবা অদুদা, সুনোলতসু নোংদম্ববু হেন্না ৱারৌখিদুনা মনেনা শিনলকপা নুপা অদুগীদমক লেপখিবা অসিনি। অদুবু লুহোংবা নুমিত্তা কন্যা চেনখিদুনা ইকাইবা নংহৌবা অদু ইকাইমনখ্রদনা লুহোংবা কায়বা য়াবা নত্তে, হৌজিকমক খূদকতা, সুনোলতাবু থিরুচো লুহোংবা ঙসিমক ইকায় কায়দনা, মপা নোংয়াইনা মচা নোংদম্বদা ইনজনখিবা অদুমক মচা নুপা নোংদম্বসু য়ানীংদুনা সুনোলতা চেনবা লাকপদা সুনোলতা

খোয়রোমদা লমদম অদুবু কোনলিবা শিবা মহাদেবাগী মপা চীং কারক অদুদা, গাড়ি এক্সিদেন্ট থোকখিবা অদুমক নুপীশিংবু করিসু লৈতনা হৈ লৈগুম্না হেকনীংবা মতমদা, হেকপা য়াবগুম খনবা নোংয়াইগী থম্মোয় অদুবু চীংঙু শিব মহাদেবনা উরদুনা খঙহনলম্বা মানলি।

অসুম্না লাইসু তাইবং মীগী অৱা অনা কয়াদা মতেং কয়া তঙনা পাংলি। ঈশ্বর হায়বা থাজবা অমা লৈরমদ্রগদি তাইবং মী ঐখোয়সে খরদি হিংবা লুরমগনি। সুনোলতা অসুম্না খনলি; ঙসি অহিংসিনা হেক লোইখিবদা নিংঙোল ঐগী ইয়ূমসে ইপাম হায়রগনিকো? ইয়ূম মাসু থাদোক্লগনি, পলেম ইমাসু লাপ্লরনি নুংশিবা মাসু থাপ্লরনি। খনলুবদা, নিংঙোলগী থম্মোয়সে খাঙবা ঙমদ্রে। অসুম্না মথন্তা মরুম মরুম শোন্দুনা হিক হিক কপলি। সুনোলতগী মতৌসে উবদা, ইমুংগী মীদি লাইরদনা লৈকাইগী মবুং মৌপ্বা কয়াসু পি ইরা তৈথোক্লরী কপতবা কনাসু য়াওদে।

অসুম্না হায়না হায়না নুমিৎ তাশিনখি অহিং ওইরকই, অহিং তাংলৌ থেংল-থেংলগা হেনলকই সুনোলতগী থম্মোয়দা চাক্লীবা মৈচাক। অহিং অদুমক্তদা সুনোলতগীদমক, ঐ ময়ুম অমুক পানলরোই হায়না নীংবা কায়না হিংলিবা। কুঞ্জরাসু সুনোলতগীদমক মৈচাক খাঙখিবনি ৱাবদগী ৱাবদি ফোদোক্তনা চাকপা মৈচাক্লী হায়বদো কুঞ্জ রাগী পুন্সিদসু থোকখিবনি।

অদুবু কয়াদা খেন্নরিবা মৈচাকনো? অমনা নোংদম্বগীদমক্লী অদুগা অমনা সুনোলতগীদমক্লী। অমুকসু খেন্নবা লৈরি। কুঞ্জরনা চাক্লীবা মৈচাকসিদি ইতোপ তোপপি তোয়না থোক্তে, মসিগী মৈচাকসিনি খাঙবদা ৱারিবা।

ফাইরেনগী মরিনি পানবা থাজদি লোৎখ্রে সুনোলতগী মতৌসে য়েংবা ঙমলড্রুদুনা রি রি শিৎপা মালংবনা অঙীংবা উনলেন্না সুনোলতগী

মশাদা, ফনা য়াম্না থেন্নমবনি সুনোলতগী থম্মোয়নুংদা, চাক্লীবা মৈচাকসে ঈংননবা। অদুবু ঈংহনবা ঙমদ্রে ব্রাকচিংগী ঊনলেননা অসুক ৱাজবা সুনোলতগী মতৌসে লাই ফাওবা য়েংবা ঙমদ্রদুনা থৱানমিচাক্না পূংলং লংলম্বা অতিয়া অমুবা নোং মপৈনা পূংকুপ কুপশিনখ্রে। তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরম্বগুম লোৎহৌরগে হাইবা মতাগুম লোইনা মাঙনখ্রে থৱানমিচাকখৈসু। অথেংবা অহিং অদুদা সুনোলতা মথন্তা থমলম্বা ঙমদ্রদুনা লৈরম্বনি। থৱানমিচাক অদুগু অমুবা নোংনা লাকপা অদুদা লোৎহৌবনি মখোয়সু। মাঙ্গোল জুড়িদা মখোঙ য়াম্হদুনা ফমলিবা সুনোলতা নোংদোন অতিয়াদা য়েংলগা অসুম্না মথন্তা খনজৈ, পূক্লিংদা খনলম্বা ৱা পূম্বা থম্মোয়দা লৈবা ঙম্লক্তদুনা চীনবান থোক্লককই, অসুম্না, কৈরোই লৈকাইগী মতারোইগুম লোয়নরীবা থা থৱানমিচাকশিং নখোয়সু ঐগী ইতৌসে তমলুগে হায়না চৎলিবরা। পাম্মু মাইঁগে তম্না হুমলিবা মালংবনা, পুবীয়ু ঐবুসু মাগী মনক্তা। নত্রগা করিমত্তা খন্দ্রবরা ঐবু ?

করিগীলাক্তে অসুক কুইবা মতমসে ? করিগীনো নঙনা ঐবু ৱারৌরিবা? হয়েং কোরৌ নুমিত্তাদি সাগৈগি মৌনি হায়খ্রগনি। অসুম্না খন্দুনা লৈরিঙৈ মনাও নুপী লতানা, মচেনা মনাক্তা লৈরমদবা অদুদা পাখৎতুনা মপান্দা থোকতুনা মচে থিরকই ইচে, ইচে, কৌদুনা। মচেনা মঙ্গোল জুড়িদা ফমলগা লৈরম্বা মচেবু য়েংলগা অসুম্না হায়রকই মনাও নুপী লতানা, ইচে করিসু খনলুরনু ঈশ্বরনা তম্বা অমা লকচরনি, অসুম্না মনাও নুপীনা মচেবু থেমলি, মচেগী খূজেং পায়দুনা চিংখৎলি। অদুগা অসুম্না মচেবু থেমলকই, হৌগৎলো, সে, থেঙলে নোংঙাদৌরে ঙাইহাক তূমহৌদ্রবদী ইচেগী হকচাংসে য়াররোই য়াম্না শোক্সারে। ঙাইহাক লৈরগদি লুহোংবগী মরাং মরাং লাঙনরক্লনি, ঙরাংসু ইচে রেবীকা হোইদা চাককৌবদা ৱারী ময়াম্না শানবনা অহিংদুমসু তূমহৌদরে ঙসি অহিংসিমগা তূমহৌদ্রবদি ইচেদা য়াম্না ৱাররনি লাকও সে,

হায়দুনা মচেবু ইমুংদা পুশিন্দুনা মখোয়গী কাদুদা চঙদুনা মচীন মনাও চপ মাননা তূমিন্নখ্রে, ঙাইহাক তূম্বা য়াদনা ফমুংদা, থরো থরো ওন্দুনা লৈরম্বনি অদুবু, নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী ইমানা মচা নিংঙোলগী অব্রাবা অদু উরদুনা মচাগী মীৎপান্দা তোংদুনা নেৎথরি, অহিংগী লাইরেম্বী ইমানসু মচাগী নাওসুম ঈশৈ শকলকই, নুংশিরবা কাওজেং হারৌগী নাওসুম ঈশৈ কয়ানা তপ্পা-তপ্পা নাওসুমলকই, অসুম্না মচীন মনাওসু তূমথখি ।

## ১৩ শুবা শরুক

ঙসি লুহোংবা নুমিৎনি, ফাইরেনগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎনি। য়াইফরবা কোরৌ নুমিৎসিদা, য়াইফ-পৃংফম লাক্লনি, মতম কৌবী মহাক্লসু । নুমিৎ অসিদা লৌউবা খুনজশিংনা লৌবুক্তা লৌতাবা হৌবা নুমিৎ হায়দুনসু চৎলে লৌপুনা য়োৎপাক পায়দুনা লৌগী কাচিনদা অহুম লক তৌই, য়োৎনা তৌবদা, করি করি জীব থেংনবগে য়েংনৈ। থরোই থেংনরগা ঈশিং চাউই, তীল থেংনরগা মতিন মকাঙ কল্লি হায়নৈ, লৌমীশিংনা। অসুম্না য়াইফরবা ফাইরেনগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎ অসিদা সুনোলতগীসু পুন্সি খোঙলোইগীদমক শেম শারি । অয়ুক অঙনবদগীনা মীনা পীক থল্লি, লৈকাইগী মবুং মৌপ্বা কয়ানা ফজনা শেম শারী ময়াম লাকপা অদু ফমফম চানা নিংথি-নিংথিনা শেমশাদুনা থম্মি। লৈকাইগী মরুপ মংপিজাশিং কয়ানা মাগী মাগী অরৈবা পোৎপাং পৃদুনা লাক্লরী । মখোয় মচীন মনাওনা ফি শাদুনা মীঙোন্দা ফিতনা পোপাং কয়ানি হনলক্লরিবা । অনৌবা পোৎপাং কয়ানা মাগী মাগী পীনরক্লি । লাইরবী লুখ্রবী মচা ওইরবসু করি অমতা অব্রাৎপা লৈতৈ সনা হায়রে লীক, নাগী সনা, খৃজি, খৃদোপ, অমমমদগী হেন্দোক্তুনা অনি অনি য়াওরি । অশাংবা নাইন অদুমদি নাদা য়াননি। মনাওনুপী লতাসু সনাদি মচেনা য়ানবগুম নাদা, ঙক্তা, খুৎতা, অমত্তা ব্রাৎতে, য়েংবদা মচিন মনাও মশক খঙনদে চাউবা চপ মানৈ, ফিভম মুর্তি, সাবাল চাউবা নোইবা,ব্রাংবা, ফজবা করি অমত্তা খেৎনদে, হাইফেৎ খঙদবা মীনদী হংনৈ করম্বনা মচেনো? করম্বনা মনাও নুপীনো? অসুম্না অয়াম্বা মীনা হংনৈ মখোয় মচীন মনাওবু মশক খঙদ্রদুনা, মশক্লা মরোল অমা ফজরিবা হেক য়েংবদা মীৎফম হোংনীংদে । মখোয় মচীন মনাওবু হেক উবা মীনা য়েংনীংদবা লৈতে। নহাশিংদি লাইরদনা অহন, হনু ফাওবা

মখোয়বু য়েংলগা তুংহন্না। চৎপদা মতুংদা লৈরিবা পুখ্রি অদুদা তাবা কয়া অমা য়াওখ্রবনি। মীওইবা হায়বসিতবু মহৌশানা কেরগা খরা অমুক হেনগৎলি। কেবনবু মহৈরবদি সুকফা ফজদবা মী ফাওবা কেবদুনা ফজৈ য়েংবা য়াই হায়নরীবনি।

অসুন্না মশাগী ফজদুনা লৈরিবা সুনোলতগী শক অদুদা অমুক্তা কেশনবদদি করি হায়না হায়রুনি । অসুম হায়না হায়না মহৈ মহৈ লাঙনরিঙৈ নুমিৎ মাসু চৎহৌরগে হায়বা মতৌগুম অযুক্কী পুং তরা তারকই চাক চাবা মতম ওইরকতুনা লুহোংগদৌরিবা কন্যা অদুগা মমাগা চাক চমিন্নগদৌবনি ঙসিদি তৌহৈদে হায়না মমা মচা চামিন্নবা হোৎনরি । অদুবু সুনোলতনা য়াদ্রদুনা নমদুনা মনাওনুপী, মমা, মৌপ্পা, অপিকপা মখোয় মরি পূন্না চাক চামিন্ননি হায়দুনা পূন্না চাক চামিনরী । চাক চানা চানা মমাদি পি তারকই, মমাগী মতৌ অদু উবদা সুনোলতদী চাক চাবা তোকখ্রে হিক, হিক কপতুনা নিংঙোল কাদা থারিবা ফমুং অদুদা, মমায়না উপশন্দুনা হিক হিক কপই মনাও নুপী লতাসু চাক চখোম অদু চীনবান য়ৌনা থাংগৎলুরগা চখোম অদু থাদরকই মাঙদা লৈরিবা পুখম অদুদা । মচে অমসুং মমানা কপলিবা। মতৌ অদু উবদা পিক্লবীবা মৌপ্পাসু কপলকই মমানা কপনা হায়রকই নখোয়গী নীংবা থুংদে হায়দুনা ইমাবু ব্রারৌনুকো? অসি হায়রগা মমীৎ অনিদগী শিন্থরক্লিবা পিশিং অদু মখুৎনা থিংনবা কন্না হোৎনরি অদুবু মচৌবা ইফূৎ অমগুম পানা থিংবা ঙমদবগুম থম্বাল ঙাংবীগী মীৎকি পি তোর্ববান পানা চেন্থরকই । ইনলিবা ফিজি অদুনা কন্না থিংনবা হোৎনরি। সুনোলতা অপিকপা মৌপ্পা অদুবু চেৎচেৎ কোনশিল্লি অপিকপা মৌপ্পা অদুসু মচেবু কন্না কোনসিল্লি, অঙাংনিনা হৌনা কপলকই লতাসু চেনশিন্দুনা কোনসিল্লি মখোয় মচীন মৌপ্পা অহুমগী মতৌ অদু উবদা মমাদি করি হায়রুনি । লাই ওইখ্রবা মপাবু কৌদুনা কপলকই । মখোয় মমা মচাগী মতৌ অসি উবদা অউবা মীমখৈ

কপতবা অমতা লৈতে।

হেন্না হেন্না পূক্লিং নুংশিরক্তুনা লাইওইখ্রবা মপুরোইববু তোয়না কৌরকই । থম্বাল ঙাংবীগী মতৌ অসিদা অশিবা মীগী থৱাইনা কোয়পাই পাইদুনা লৈবা ওইরবদি থম্বাল ঙাংবীগী মপুরোইবগী থৱাইনা শোয়দনা থম্বালঙাংবীগী মনাক্তা লাক্লমগনি। অসুম্না ঙাইহাক লাঙনরিঙৈ সিদা নুংথিল পূংফম ওইরক্লে। কৈরোই লৈকাইগী অহন-লমনশিং লুহোংবা লাক্লরে লুহোংবগী মানতোপ অদু অহনশিং ফনা নিংথিনা তিনলে।

ঈশৈ শকপি পূং য়ৈবসু লাক্তুনা লোইনা লৈরে। কন্যা পোৎলোই শেৎপিসু শেম শাদুনা লাক্লে । পূং য়ৈবা অমসুং ঈশৈ শকপী মাগী মাগী লৈজবী থাদুনা মফি শেমনরী, অমসুং কেনরী পূং য়ৈবদি মফি শেৎপা লোইদুনা পূং অদু মখোল সেমলি । মনাও অদুদা খূদোন্বীনা তাঙ, তাঙ, থাদুনা পূংখোল শেমলি। পূং সেমলবা পূংসেম নূংথং অদুনা পূংগী মপান অদুদা য়ৈ, য়ৈদুনা । ঈশৈ শকপিসু মফি শেৎপা লোইদুনা লুহোংফম মন্দির ময়াইদা চঙশিল্লকই । য়ূমগী অহনশিঙং অমদি ফমলিবা ভাবোকশিং অদুদা ঈশৈ হৌবা য়ারবরা হংলকই । য়ারে হায়বগী মওং পীরকই, অরাংফম্না লৈ চন্দোল শেম শারকই ঈশৈ হৌনবগীদমক । ঈশৈ শকপী অমসুং পূং য়ৈবা মন্দির অদুদা তিনলিবা মীয়ামদা ভক্তি তৌরকই । অহানবদা মন্দির অদুবু খুরমই । মকোক ইথং থংনা ফমলিবা অহন অদুদগী হৌদুনা মথং মথং খুরুম্বা হৌরকই। অসুমনা শেম শাদুনা লোইদুনা মাগী মাগী ফমফমদা লেপনদুনা ঈশৈ হৌনবগী শেম শাবা লোইনরে। ঈশৈ হৌরে, মতম মাসু সুনোলতগী লুহোংবা অদু য়েংনীংদুনা প্রপ প্রপ চৎপগুম তৌই, কৈন্যা মাসু পোৎলোই শেৎনবা শেম শাবা লোইরক্লে, মতম্না পূংফমনা য়ারক্তুদুনা লাক্লে য়াইফরবা বোর পূং, সেনগা লোয়ননা, অঙকপা গাড়ি ময়ামগা লাক্লীবা অদু মীয়াম্না বোর লাক্লে হায়দুনা য়েংনৈ,

লাক্লিবা লুহোংবগী গাড়ি অদু অমনা মখারোমগী সোরোক অদোমদগী থৌরকই অৱাংলোমদগী লুহোংবগী গাড়ি অমসু থৌরকই; সোমদা লাকইসিরা ? সোমদা লাকইসিরা ? হায়নৈ য়েংনরিবা মীয়াম্না হায়না হায়না য়ৌশনলকই লাকপসু চপ মাননা থুংনরৈ, অমনা থৈরগা চৎখিদৌবগী নীংই অদুগা চপ মাননা কন্যাগী থোঙ্গাল মক্তদা লেপনরে বোর অনি, মাগী মাগী গাড়িদগী কূমথরক্লগা চপ মাননা বোর যাত্রা তৌরকই, মাগী মাগী বেন সাইদ্রাম য়ৈনরকই । খোংনরকই মাগী মাগী কারনেট অমদি যন্ট্রাসিং অদুদা, লুহোংবগা চানবা ঈশৈ শক্তুনা চংসননরকই । যাত্রা পুবী পোৎপুবীশিং পরেং-পরেং লেংদুনা । চৈ হায়বা বেন পারটিনা মাঙ থারদুনা চঙলকই।

বোর অনি লকই হায়বা তাবদা মমা থম্বাল ঙাংবী কোকচাওবী কাদুনা ৱান্থুরি, ময়াম চঙদুনা লাক্লরি করিনো? করিনো? হায়দুনা । লুহোংবা লাক্লিবা মী মখৈ, ইঙক ঙক্লা য়েংনরি তংঙ্ক-তংঙ্ক অমনা অমদা, লৈরমলিবা মী মখৈসু ইপা পাখৎলি। হায়না হায়না লুহোংফম সুমাং লোমদা বোর অনিমক চংশিন্নরকই । বোর অনিমক ৱাংবা চপ মান্নে, শকসু ফজবা চপ মান্নে ফিবম মুর্তি চপ মানবগুম তৌই, অমনা অমবু হেন্নদে ।

কনা অমতা হায়বা তৌদনা পোৎ শিন্দোক শিঞ্জিন তৌরিবা অরাংফম্না বোর অনিমক চপ মাননা ওকই মৈরা পারতিদা, কাবোক অফাবা চাইখৎতুনা। অরাংফমসু অৱাৎপা লৈতে। অরাংফম মী মরি মঙা শুবনা । লৈকাইগী শীন লাঙবা য়াওরিবা নহারেল মখৈসু হায়নবা তৌদনা শেম শাদুনা বোর অনিগী ফমফম শেমলি। মাগী মাগী বোর ফমফম, চংদুনা ফমনখি। তৌনরক্লীবা মতৌ অদু মীনা ৱা, ৱা, ঙাঙনরকই, খুন অদুদা লৈরিবা, মী মখৈদি য়ুমদা মী অমতা লৈনহৌদ্রে। লুহোংবা য়েংনবা লাক্লবনা অতোপ্পা খুন লোন্নবদা লৈবা মী অয়াম্বনা য়েংবা চেন্নরকখি মীতনা পিক থনলরে, বার্তোন তৌবা

তৌদবা। বোর অনিনা খাব্রাংনা মমাঙ সঙ্গোই অদুদা ফমদুনা লৈবদু মহৈ মহৈ য়েংনৈ বোরদা। মীয়াম্না খন্নরি করিবু থোক্লুরগবা ঙসিগী লুহোংবাসে ? ইমুংদনা করি মতৌনো তৌরি মতৌসিবু ? কমদৌগবা হায়না শাগৈ নতৈ ব্রা-ব্রা ঙাঙনৈ। অমনা হায়বা অমনা তাদে থম্বাল ঙাংবী ব্রাম্থাখিবা অদু ফরক্লে। পোৎলোই শেৎপা হৌরুরবা সুনোলতা তৌরক্লীবা মতৌ অদু উবদা কপলমবদগী পাখৎখিদুনা কপ্পা চঙখিদরে, হকচাং পূম্বা অরুম লাইহৌগুম নীকখরে। হায়না হায়না পোৎলোইদি শেৎপা তোকতে।

মীয়াম্না ঙাঙনৈ কন্যা অমনা বোর অনিদা অমুক্তদা লৈ কুন্দো করম্না হূক্কনি। খঙনীংবা, য়েংনীংবা, মীয়াম্না পিক থনখ্রে, মহাভারতকী কন্যা দান অমগীদমক লক্ষ্য ককপদা তিনখিবা মীদুবু অসুক য়ামলমগদ্রা? মোইরাংগী খম্বা, নোংবান, অনিগী মূক্লা কাংজৈ নুমিৎতা তিনখিবা মীদুবু, ঙসিগী লুহোংবাদা তিনলিবা মী অসিমুক তিল্লমগদ্রা। অসুম্না ঙাঙনরিঙৈ তাঞ্জসিদা, ঈশৈ শকপি পূং য়ৈবদি নুংঙাইবদা করি হায়রুরনি। নুপা ময়ূম অনিগী অঙম্বা তানরকপা কলেজা তৌনরকপদা ঈশৈ শকপি পূং য়ৈবদা মতারকই। অঙকপনি পৈশা ইঙা থাগী নোংগুম অতৎপা লৈতনা চাইথরকই, তরা চৎপি উখিদ্রে নুমিৎ অসিদা। কুন চৎপী য়াঙ্খ্রে চৎপী ঙাক্তা ঙারে ঈশৈ শকপি অমসুং পূং য়ৈবদা থারিবা পৈশা অমনা কুন চৎপী থাবদা অমনা য়াঙ্খ্রেচৎপী থায়, অমনা য়াঙ্খ্রে চৎপী থাবদা অমনা চামা চৎপী থারকই। পূং য়ৈবা ঈশৈ শকপি মখোয়গী মমাঙদা পৈশাতনা চীংদুম পরেং লৈবগুম পরেং শাংনা লৈখ্রে। পূং য়ৈবসু অহৈবা মখৈ পুথোক্তুনা য়ৈরকই, ঈশৈ শকপিসু অরৈবা মখৈ পুথোক্তুনা শকলকই। পূং য়ৈরিবা মখোয় অনিদুসু হাইফেৎ হায়নৈ তঙ্গ্রা পাইবা পূংয়ৈবা হায়না ফাওরিবা পূংয়ৈবনি। পূং চোলোমদা অঙকপনি মিত্রং মেজীককুম। ঈশৈ শকপী পূং য়ৈবা হায়নবা তৌদনা মাগী মাগী জগোই শাথেক

পূংলোনগা শাথেক্কা, শাথেক্কা পূংলোনগা ঈশৈগী তানথাগা শাথেক্কা লোয়ননা শাগৎলকপা ঈশৈ শকপীশিং অসিগী মতৌনা স্বগগী জগোই শাবী অপসারা জগোই শাবীনা কৈদুরুনি ঙসিগী ঈশৈ শকপি অসিদগী হেন্না ফজরমগদ্রা। থোক্লীবা লুহোংবা অদুগী থৌদোকতো কাউথোক্তুনা পূং ঈশৈদা ময়া কাদুনা য়েংনবসু য়াওরি। খরা অমনা ঙসিগী লুহোংবসে করম থোক্লগবা খন্দুনা থব্রাই ব্রাবনা অতোপ্পা করি মত্তা চঙদ্রে কমদৌসিগে হায়বা খননরিঙৈদা ? ইমুংদনা থম্বাল ঙাংবীদি অঙাওবী মতৌগুম হায়ফম তৌফম খঙদনা য়ূময়াই অদুদা কোয়চেন চেনলি। লানমৈন্না চাক্লবা শাজিগুম উপায় লৈতনা মৈরক্তা হন্না হন্না চেনসিনবগুম। হায়বগা তৌরকপগা চপ মান্নে। চিনগা থবক্কা নোংয়াই, তৌরকক্লী। নোংয়াইনবু নীংবু নীংখ্রবা থবক খূদিং পাঙথোকতবা খক লৈখিদে।

তৌববুদি নোংয়াইনা থম্বাল ঙাংবী মমা মচাবু নুংশিদদুনা তৌগে মতগুম তৌরকপদি নত্তে, তশেংনা থম্বাল ঙাংবী মমা মচাবু পামজবদগী তৌরকপনি মসিদা নোংয়াইগী মরালসিবু করিনো?

হান্না মমাঙ থক্তা নোংয়াইনা নহা ওইরিঙৈদা অমসুং থম্বাল ঙাংবীনা লৈশাবী ওইরিঙৈদা নোংয়াইনা থম্বাল ঙাংবীবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজখিবনি, অদুবু পূকচেল অনি লোঙদবা থম্বাল ঙাংবীনি থম্বাল ঙাংবী অঙাং ওইরিঙৈদগী থম্মোয় শেংনা নুংশিনজবা নুপা অমদা লুহোংলকপীনি, অদুবু লাইবক থীবনি চহি তরামুক লৈমিনরম্লগা থম্বাল ঙাংবী, লুখ্রাবী ওইহৌই, য়াম্না নহা ওইনা। নোংমা নোংয়াইনা মপুরোইবা লৈত্রে, মানা হায়বা য়ারনি হায়দুনা হন্থবা মীয়েংদা থম্বাল ঙাংবীবু লৌনবা হোৎনখিবা অদুনি। অসুম্না মমাঙ থক্তসু ব্রারী কয়া লৈখ্রবনি।

নোংয়াইনা খনলি হন্দকতি শোয়দনা মচা নুপীসে মমৌ ওইহৌনবা হোৎনরকপা অসিনি। সুনোলতা হায়ফম থৌফম খংদে হকচাং পুম্বা থক-থক নীকই হকচাংগী মিহুন পূম্বা তিং-তিং চোংই । সুনোলতগী মতৌ অদু উবদা মনাও নুপী লতা মচেগী মনাক্তা মচেবু নুংশিনা য়েংলগা মপি তৈথোকই।

মচে সুনোলতসু মনাও নুপীবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, ঐবু কমাইতৌদোইনো ইনাও? নচেগী ইতৌসিবু য়েংবা ঙমলিবরা ইনাও অসুম হায়রগা সুনোলতনা মনাও নুপী লতাদা খূৎ অনিনা পায়দুনা লাইওইখ্রবা মপাবু কৌদুনা কপ্পলকই । সুনোলতাগী মতৌ অসিবু কনানা য়েংবা ঙমগনি য়েংলিবা মীখূদিংমক কপতবা অমতা লৈতে।

মচেগী মতৌ অদুবু মুন্না য়েংলমলগা হাইফেৎ নোকলমলগা মচেগী মনাক্তগী থোকখি। মীওইবনা ব্রাবনা খম থেংলবা কপ্পগী মহুৎতা নোকই হায়নবা লৈ । লতা নোকলিবদু নোক্লীংদুনা নোকপদী ওইরমলোই মমা থম্বাল ঙাংবীদি করি মতৌ ওইরসিগেনে ঙসিগী মতৌ অসিবু অসুক ব্রাবা অসিবু লৈরমখিদ্রা অসুম্না মথন্তা চীন্দা মুরুম মুরুম শোনদুনা মচা নুপীসুনোলতাগী মনাক্তা মুক চঙ, য়ুময়াইদা হনগৎ হনদা কোয়চেন চেল্লি । তিল্লিবা মীয়াম অদু অমতা উদবদৌনা কনা অমতা নঙ লাক্লিব্রা হংদে । কৌসু অমত্তা কৌদে, ব্রাখল অমদা, অঙাওবী অমগী মতৌগুম কোয়চেল চেল্লি য়ূময়াই অদুদা ।

অসুম্না ময়াম ইরাঙ লাংলিঙৈ বোর থোরক্লো হায়বা বোর সেন্নবশিং অসিদা হায়খি, বোর অনিমক চপ মান্না হৌগৎলকই বেন সাইদ্রম য়ৈরকই নুংশিরবা ঈশৈগী সুরদা, র্কয়নেটশিংনসু ঈশৈ শকলকই। অদুবু ঙক্লীবদি কনানা করম্না কান্দা হাইখিবনো খঙদে মন্দির ময়াই অদুদা বোর ফমফম অনি নিংথিনা শেমলকখি বোর ফমফম অনি

শেমবা অদু উবদা মীয়াম থবাই হেন্না ব্রানরকই, লাক্লিবা মীয়াম অদু থবাই ব্রাবগী মথক্তা হেন্না য়েংনীংবসু য়াওরকই। মপান্দা ময়াম ইরাং লাঙলিঁঙৈদা ইমুংদসু অঙকপনি। সুনোলতা হকচাং পূম্বা থক-থক নিক্লি সিনি হায়বা হায়ফম খঙদনা লৈরিঁঙৈ অমসুং মমা থম্বাল ঙাংবী তৌফম খঙদনা লৈরিঁঙৈ তাঞ্জাদুমক্তা লতানা মমাগী মনাক্তা পোলোই শেৎলগা লেপলরবা অসিনি মমানা ঙক্লিবা। মমা থম্বাল ঙাংবী মচা সুনোলতাদমুক য়েং মচা লতাদমুক য়েং অসুন্না মমানা ইঙক ঙক্লা য়েংলিঁঙৈ মচানুপী সুনোলতা অমসুং লতা অনিনা চপ-মান্না পোৎলোই শেৎলগা মমাবু খুরুমলকপা অসিনি। মতৌ অসিবু উবদা করম্বা কনাগী থম্মোয়না কপলোইদবা লৈবগে। হায়না হায়না বোর অনিমক বোর ফমফম লুহোংফানদা ফমনখি ইমুংদা তৌরিবা মতৌ অদু মপান্দা লৈরিবা মী মখৈ অয়াম্বনা খঙনদে মরম অদুনা বোর অনিমক লুহোংফানদা ফমখিবা অদুদা হেন্না থবায় ব্রাবা হেল্লকই। বোরনা মাগী মাগী লুহোংফান অদু ফমখিবগা কন্যা থোরকও য়ারে হায়রকই য়ূমগী থোঙজাও অদুদা সুনোলতা অমসুং মনাওনুপী লতা পোৎলোই চপ মনান্না শেৎলগা মচিন মনাও খূৎ শম্নরগা থোরকপা অসিনি। মীয়াম্না অমুক হেন্না ঙক্নরকইবা ? চপ মানবা কন্যা অনিদো করম্বনা মনাওনো করম্বনা মচেনো খঙনদে ব্রাংবা চাউবা, ফজবা, নোয়বা অমনা অমবু হেন্নদে। মরম অদুনা অসিনা মচেনি মনাওনি খঙনদ্রিবনি।

য়ূমগী ড়ারি অদু কন্যা অনিনা খৎ শম্নরগা চপ মান্ননা কুমথরকই, মচীন মনাওনি হায়বা খঙদবা মীয়াম খরনদি কনানো কনানো হায়দুনা পহংতা হংনৈ কনানো হায়বসিনা পূকনিল নিল্লি লুহোংফমদু মচি খরদদি মিৎত্রংগুম্বা লুহোংবা অসি অমুকতা উখিদ্রি তিল্লিবা মীয়াম অদুনা মচীন মনাওনি, মচীন মনাওনি হাইবা তারকপদগী

মীপুম খুদিং মচীন মনাও, মচীন মনাওনি, হায়বসি ব্না-ব্না ঙাঙনরকপা অসিনা পূংলাঙ লাঙনরকই। অদুবু কন্যা অনি অসিবু কনা কনানো খঙনদবা অসিনি।

লুহোংবা মন্দির অদু হেক মচিন্দা য়ৌবগা চপ মানান্না খুরুমই, কন্যা অনি অদুনা হেক খুরুম্বা লোইবগা কন্যা পুথোকপি অনি চঙশিনলকই কন্যা পুথোকপি অনি অঁদুসু কনানা করম্না শীনলকপনো খঙদে ইম্থোক্রসু মান্নখ্রে। থোরক্লী কন্যা অনি করি হায়নবু হায়গনি ফজবদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরিবা অদুদা। অনৌবা খূৎশেমগী য়েকপা হৈবা মেকপকী হৈ শিংবনা ফজবগী মথন্তা ফজবা কয়া অমনি হাপচনলিবা? শেৎলিবা পোৎলোই ফি অদুদা অরংবা সনাগুম্বা লিকলিক লাউরি। সনাগী লৈতেং কয়ানা মীওইবগী ফজবা অমুক্কা হাপকৎলি। পাম্বোমদা সনাগী খূজিগী লৈতেং মখল কয়া অমানি খূৎদাংদসু নীংথিরবা সনাগী খূৎজি কয়ানি। ফজরবা খূৎশাশিং অদুদা ফজবা সনাগী খূদোপনি খূৎশা খূদিং লৈতেংলিবা ?

ফজরবা নুপীগী ঙকশম তাথরকপা থবাক মীওইবা কয়াগী মীৎয়েংফম ওইরীবা অদুনা সনাগী লিকফাংনা মরীক মরীক অয়েংবা কয়াগী মমীৎ থকহনলি। নাদা য়ানলিবা সনা নাইন অদুনা কনা অমতা হায়রুবা লেঙলুবা লৈতনা মথন্তা হাইরি। য়েংলিবা মীয়ম্না মীৎ কূপতনা য়েংনৈ। য়েংলিবা মীয়ামশিং অদুনা হায়নৈ ফজদ্রা ? ফজদ্রা ? ঙসিগী কন্যা অনিসে ? কয়াদা নিংথিরিবা। কয়াদা ফজরিবা ? ফমলিবা বোর অনি অসিসু কয়াদা লেমলিবনো? ব্নাংবা চাউবা ফজবা কুচু করিসু খেন্নদে য়েংঙুনে ফাইবোকুম্না করিমন্তা খেন্নদে। অসুম্না তিনলিবা মীয়াম অদুনা ব্না-ব্না ঙাঙনৈ পূংনিল নিল্লি লুহোংফম অদুদা ঙাঙনরি লুহোংবা য়েংলিবা মৌ নহা কয়াদি মনগন্দগী অঙাং নাম্থখিবা খঙদে।




মীনা কৃক-কৃক ইনবৈ, তুং থংবা মীদি [illegible]ংবা [illegible]বাংবা ফাল চৌক্সি কাখৎনদুনা য়েংবৈ। পাখং [illegible] অঙাং মচাশিংদি উকাদুনা য়েংনরকই, অদুবু উদগী তাদুনা শোক[illegible] অঙাং কয়া অম[illegible] য়াওরি অসুম্না -।

চঙশিনলকই মাগী মাগী বোর ওইগদৌরিবা অদোমদা কন্যা অনি অদো কন্যা অনি অদুসু কনানা নোংদম্বনো কনানা সুনিলনো খঙনদে ফমলিবা বোর অনি অদুসু চপ মান্নবা মরমনা । কন্যা সুনোলতসু নোংদম্বনা করম্বানো হায়বা ইখং খঙনদে মোনদ্রং অমদা মপা, মপা থোকপা অদুদা থারিবা কন্যা ফমফম মোনতেক অদুদা কন্যা পুথোকপীনা পুশিন্দুনা ফমহখি । করম্বনা সুনোলতানো? করম্বনা লতানো হংনরকই কনা অমতা মচেনি মনাওনি খঙনদে অমনা অমদা পহংতা হংবৈ ।

কন্যা দান কনানা পীগদৌগে হাইফৈৎ য়েংনরকপদা লৈকাইগী মবুং শক্লা কুঞ্জরনা সুনোলতাগী কন্যা দান পীখি। অদুগা পিক্লীবা মৌপ্পানা মচে লতাগী কন্যা দান পীখি কন্যা দান পীবা লোইরদুনা লৈ কোয়রকই মচীন মনাও অনিমক চপ মনন্না । অদুবু কনানা কনাদা লৈ কুন্দো হূকহনসিগে হায়বদুদি । লমদম অদুবু কোনলিবা চীংঙু শিব মহাদেবা ইপা ইবুংঙোনা অমতা শোয়দনা হৌজনবীরি সুনোলতাগী থম্মোয়না থব্রাই ব্রাজবা মতৌ অদুবু চীংঙু শিব মহাদেবনা থৌজান্দুনা পূন্নমক য়াইফনবা শীল্লকই । সুনোলতামক্লা কুন্দো হূকচরিবা বোর মহাক অদো অতৈ অতোপ্পদা নত্তে নোংদম্বদনি । লতাসু পামজবা বোর সুনিলদা কুন্দো পরেং হূকচাদুনা পুন্সি লৈপুন শেম্বা ফংজরিবনি নীংজরিবা ঈশ্বর মহাক্লা পীনবীবা অশেংবা থৌজাননি।

----- লোইরে -----




## অইবগী ফি[illegible]শিং

১। সরতকী নাটক (ড্রামা অহুম ১৯৯১)

২। ঐগী ইমাদি (ড্রামা অনি ১৯৯৭)

৩। সুভাদ্রা চেনবা (শৈরেং ১৯৯৯)

৪। আনন্দা য়াইমগী কংথোকপা (ৱারি ১৯৯৭)

৫। নিংথা মচেৎ (ড্রামা অনি ২০০৩)

৬। সুনোলতা উপন্যাস (২০০৩)

৭। নোংলৈশিংগা ছাতিনসিংগা (ৱারি মচা ২০০৪)

৮। খোমজিনবা লাইরিক (২০০৪)

৯। লৈশাবী অঙাওবী (রেডিও ড্রামা অনি ২০০৫)

১০ লতা (উপন্যাস ২০০৬)

১১ ক। All India Radio শৈরেংবা ওইরকখিবা
তাং ০১।৮।৮৬

খ। All India Redio ড্রামা ইরকখিবা চহি ১৯৮৮

গ। Dr. Ambedkar National Fellowship Awardee
2003